# নূরা শান্তলেম্বী

(শক্তম্লাংবা)

খোরিজবা

শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহ



নহারোল সাহিত্য প্রেমি সমিতি

ইম্ফাল

**Nura Shanthalembi**
Manipuri Folk Drama
by **Haobam Tomba Singh**


ফোঙবা ঃ নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি
কৈশামপাৎ, ইম্ফাল।

খূৎনম ঃ অহুমশুবা ফোঙবা, নবেম্বর ৬, ২০০৬।

হক ঃ লাইরিক অসিগী ফংফম থোকপা খুদিংমক
নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি ইম্ফালগীনি।

কোপী মশিং ঃ ১০০০ (লিশিং অমা)

মমল ঃ লুপা ৮০ /- (লুপা মবিফুতরা)





লাইরিক ফংফম ঃ সমিতিগী ওফিস অমদি ইম্ফালগী লাইরিক যোনবা দুকানশিং।






নম্ফম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল,

# নীংশিংজবা

তোল্লবনা অঙাং ওইরিঙৈদা অশৈবা অমনা ফুংনাক্তা ফমদুনা হীদাক থক্লা থক্লা মোইরাং লৈবাক্কী থৌদোক মচা অমগী মরম, চৈজীং লোন্দা শৈবান্দুনা শকখিবদু ইপূক্লীংসীনা ইকাউ কাউবা ঙমজরক্তে। অশৈবা অসীগী শৈশক্তু তাজরগা ইপূক্লীংসীদা অসুম্না খঞ্জরকই — ৱারী তারগা নুংঙাইবা ফংলিবা অসীদগী ৱারীদুদা থারিবা মীশিংগী লমচৎ-শাজৎ, ৱাঙাঙ-শাঙাঙ, থৌদোক-ৱাথোক খিবিক্তু ইমীৎসীনা উজবা ফংলবদি য়াম্না হেন্না নুংঙাইবা অমসুং খঙজিনবা ঙমগনি। মসীনা অকনবা লমজিং ওইদুনা অশৈবা অসীনা শৈবাংখিবা থৌদোক অদু ইমীৎসীনা উজবা ফংদ্রবসু ৱাখন্না শাগচ্চরগা খেঞ্জোং-লাং-পূংদা শক্তম্লাংদুনা শান্নবদু উজবা ফংজরবদি নুংঙাইজগনি খন্দুনা "নূরা-শাঙ্গলেম্বী" হায়বা শক্তম্লাংবা (মশক মতৌ তমদুনা লাম্লোকচবা) লাইরিক অসী ইং কুমজা ১৯৪৬ শুবদা করিসু খঙদ-হৈতনা ইথোকচৈ।

লাইবিক অসী মতম কুইনা উপুদা তাদুনা লৈরকপদগী নোংমা ঐগী ইনাও শক্লবা শ্রীসোবেনশংবম নবকান্ত সিংহনা থেংনবিদুনা নাট্য সঙ্ঘদা পুখৎপি। নাট্য সঙ্ঘনা কৃপ্না শেমদোক-শাদোপিরগা মসীবু ইং কুমজা ১৯৪৮ গী ডিসেম্বর থাগী ১৫নি চনবা নুমিত্তা এম, ডি, ইউগী খেঞ্জোং-লাং-পূংদা শক্তম্লাংদুনা অনীরক হন্না উৎপিখি। মসীগীদমক নাট্য সঙ্ঘগী থোইদোকপদি ইনাও শ্রীনবকান্ত সিংহগী শিংবা ঙম্লরোইদৌবা তৌবিমল-লম্মন তোঞ্জরে।

নাট্য সঙ্ঘনা থুপখ্রবা মতুংদা পেরেডাইজ, রূপমহল, এরিয়ান, খুরায়, নম্বোল, মোইরাং অমসুং ৱাঙ্গোইনচিংবগী শক্তম্লাংবা কাংঙলপ্না লাইরিক অসীবু লৌখৎপিদুনা মাগী মাগী খেঞ্জোং-লাং-পূংদা হৈ-শিংলবা শক্তম-য়াবশিংনা তোল্লবনা নীংজবদগী হেন্না নীংথিনা উৎপিখি। কাইনথংদা ৱাংখৈ থম্বালখোং শুমাঙ-শক্তম্লাং-কাংঙলপ্না মাসীবু চহী অহুম চূপ্লা মৈত্রবাক্কী লৈকায় খুদিং শীনবা থুংনা শান্নবিখি। পূম্নমকসিগী তৌবিমন্না ইপোৎ ফারদুনা ময়ামসিগী লম্মন ইকোকথক্তা পূজরি।

শক্তম্লাং-ফম্বাক্তা অর্মদি শুমাঙদা উৎপিখিবা কাংঙলপ খুদিংমক্লা "মহাক্কী মকাদা লোইরঙ শীংখোঙ ওইরবা শমুম্বেবু শাঙ্গলেম্বীনা লম্মন খুল্লম্লগা চেনখিবা মতাঙ"

অসি ঐনা ইজবদা য়াওনা য়াওনা পাম্বীদবা মরম লৈবনরা করিনো খঙজদে, শক্তম্লাংবা মতমদুদি শৃকউৎ উৎপিখিদে। মতাঙ অসি হাপচিঞ্জবগী অয়োল অরাল পূম্নমক ঙাকপিনবা তোল্লবনা খ্বাইগী তৌজাল নিজরি।

তোল্লবনা ইমীৎযুবা অমদি খঙদ-হৈতবা অমা ওইবনা অরূম-অযাঙগী চৈতপ তপ্পদা খর শোয়ন-খেন্ননা "শরী" ইদৌবদা "শরি" ইবনচিংবা খোর্বোন লানবা কয়া য়াওখরে। অসিগুম্বা ইরানসীসু ঙাকপীনবা ইবুংঙো ইবেম্মশিংগী মফমদা নোল্লুক্লনা নীংশিংজরি। লাইবক ফদুনা অহুমশুবা খৃৎনম ফংজবা থোক্লবদি অরাল-অহুই পূম্ন মক চুমথোকচরক্কনি। অদুগা লাইরিকসীগী মরমদা চুমথোকপিরকপা পূম্নমক তোল্লবনা ফিগাও শানা য়াজরি।

খৃৎনমগী চূমথোকপা মতাঙদা ইনাওমক্লি খঞ্জরবা শ্রীবিজয়স্না সিংহ বি, এ, নিংথেম্মচা অমসুং শ্রীহৈক্রুজম মঙ্গি সিংহ বি, এ, বি, টি, অনীনা অব্রাবা খঙদনা তেংবাংবিখিবগীদমক পুকচেল চাউরবা ইনাও অনীসিগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি।

তোল্লবগী লাইবক ফবদি হন্দক মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা থিগৎপিরক্কুনা চেজেৎ ওইনা তাদুনা মাঙথ্রদৌবা লাইরিক অসীবু মশীং লিশিং মঙাদং উনম নমথোক্কুনা ফোংদোকপিনবগী ঙমদাই লৌবিখিবা অদুগা মসীবু বি, এ, থাক্কী তম্নবা লাইরিক অমা ওইনবা লানখৎপিদুনা গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালয়না য়াবিরকপা অসীনি। মসীগীদমক্তা পরিষদপু থব্রায় হকচাং য়াওনা থাগচ্চরি অমসুং মতম চৃপ্পা হিংদুনা ইমালোনবু মতোল্লোম্না চাওখৎহনবা ঙম্বগী পাঙ্গল পূম্নমক পরিষদতা পীনবিয়ু হায়না তেংবানবা মপুগী খুযাদা হন্না হন্না খুরুমজরি।

অথীবগা ফজবগা লৈমিন্নরগা অথীবনা ফজবগী মতীক হেনগৎহল্লি। অদুনদি ফজবগী চাংদম পীনবা অথীবা হায়বসী ইরৈ লৈতবা ময়াদ্রে। অদুনা ইমা নহাক্কী নরোনগী লৈকোন্দা লৈশক-লৈচু ফজনা, নুংশিবা লৈনম চেন্না শাৎলিবী, শাৎলক্কদৌরিবী লৈরাংশিংগী ফজবা লৈশক লৈচু, নুংশিবা লৈনম্মু মাগী অথীবদু উত্তুনা হেনগৎহন্নবা কংলবা থম্মোয়দা শাৎলবী, লৈশক-লৈওং লৈত্রবী, নুংশিবা লৈনমসু চেন্দ্রবী "শাচ্ছ-লৈরাং" লৌবিয়ু ইমা মৈতৈ লৈমা, কচ্চরি নঙগী নখূয়াদা

তোল্লবা খোরিজবা।

# ৱাহৈ খরদং

লৈখিদ্রবা ওজা হাওবম তোম্বা সিংহ (১৯০৮-১৯৭৬) মণিপুরগী ফোল্ক ড্রামাগী অচৌবা লিকলম য়াৎলম্বা অইবনি। মণিপুরী ফোল্ক লিটরেচরদা য়ুম্ফম ওইবা লীলা তরেৎ ফোঙখ্রবা, হীরম অসিদা ইবা লীলা কয়া অমনা শুমাংদা অমদি ষ্টেজদা শান্নদুনা অচৌবা ফোল্ক ড্রামাগী ইহৌ শাগৎলম্বা অইবা অসি ঙসি মপুং ফানা মশক খঙবা অমদি নৈনবগী তঙায় ফদবা লৈরী। মণিপুরী সাহিত্যদা মহাক্না তৌরম্বা অচৌবা খুদোলদি শৈরেংগী ফোর্মদা ইবা (ভর্স প্লে) লীলাগী মশক অসিনি। কবি ওইবগী চপ চাবা গুণ লৈখিবা অইবা অসিনা মৈতৈলোনগী ফজবা অমদি চিং-লেম্বা ৱাহৈ শীজিন্নদুনা ফোল্ক ড্রামাগী ময়াই অমা মণিপুরীশিংদা পীননবা হোৎনখি। ওজা ওইবগী শিনফমদা পুন্সিগী অয়াম্বা শকক কখোকখ্রবা, ঈংনা-তপ্পা পুন্সি হিংবা পামজবা, ফিজেৎ-চাকচা অমদি ৱাঙাং-শাঙাংদা ইচম-চমজবা অইবা অসিনা মণিপুরী ড্রামাগী খোঙচৎতা পীরম্বা খুদোল অসি ঙসি অমুক নৌহৌননা লৈবাক মমাঙদা পুথোক্কুনা নীংশিংমিন্নবগী তাঞ্জা লাক্লি।

মিৎয়েং অসিদা পান্দম ওইরগা, অইবা অসিবু নৌহৌননা নীংশিংজদুনা, থম্মোয় শেংনা নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতিনা মহাক্কী 'নূরা শাম্বলেম্বী' হায়বা লীলা অসিগী অনৌবা খূৎনম অমা পুথোকচবনি। মণিপুরী ফোল্ক ড্রামাগী তোপ-তোপ্পা মশক অমা লৈজরি। মণিপুরী অশৈবশিংগী ৱাখল্লোন কয়া, পুন্সিগী মিৎয়েং অমসুং জগৎ অসিগী ফোঙবা ঙমদ্রবা পাউখোং কয়া, ফোল্কতা য়ুম্ফম ওইবা ৱারী-শিংবুন কয়াদা মখোয়না ফোঙদোক্লবা হোৎনরম্মী। ইচম-চম্না উবা ৱারীশিং অসি কুপ্না নৈনদুনা মণিপুরীশিংগী পুন্সিগী মচল কয়া চং ফংনা থিদুনা পুথোকপা দরকার ওইরি। মসিনা তুংদা হৌরক্লিবা সাহিত্যবু পামজবা মীওইশিংদা থায়নগী মমল নাইদ্রবা মণি-মুক্তা কয়াবু থিননবগী অচৌবা থোঙ অমা শোয়দনা হাংগনি। পান্দম অসিমসু মাঙদা থমজবগা লাইবিক অসি ফোঙদোক্লবগী ৱারেপ লৌজবনি।

লাইরিক অসিগী বানান অসি লৈখিদ্রবা ওজাগী বানানগী মশক অসি কায়দনা থমজনীংবদগী হৌজিক্কী বানানগী কাঙলোন্দা ওহ্লোকচদ্রে। অদুবু তঙাঐ ফদনা ৱাহৈ অমা-অনীদি হোংদোকচৈ। মসিগীদমক লাইওইখ্রবা ওজানা ঙাকপিবা ওইসনু।

লোংজম জয়চন্দ্র

সভাপতি

নহারোল সাহিত্য প্রেমি সমিতি

তাং ৪-১১-২০০৬

# অফোঙবগী ৱারোল

নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফালনা মীয়ামগী মতেংগা লোয়ননা চহী কয়া অসি লিশাংশিংনা সাহিত্যগী সেবা তৌদুনা লাক্লি। মসিগী শরুক অমা ওইনা মণিপুর সাহিত্যগী খূৎমাবা অইবশিংগী মপোক কুমওন পালন তৌবা, মতম মতমগী ওইবা সাহিত্যগী ওইবা হীরমশিং খন্ন-নৈনবগী সভা শীনবা, মণিপুর অমদি মপাল লমগী মমিং লৈববা অইবশিংগী লাইরিক ফোঙদোকপা অমদি মগুণ লৈরবা লাইবিৰ্কশিংদা এৱাৰ্দ / মেডলনচিংবা পীদুনা অইবশিংবু ইকায় খুম্নবা উৎপনচিংবনি।

সমিতিনা পাঙথোক্লিবা থবক থৌরমশিং অসিগী মনুং চন্না মণিপুরী ফোল্ক দ্রামাগী জগৎতা মমিং লৈরবা লৈখিদ্রবা হাওবম তোম্বগী 'নূরা শাঙ্কলেম্বী' হায়বা লাইরিক অসিগী অহুমশুবা খূৎনম অসি ঙসি মীয়ামদা ফোঙদোকচরি। মমাঙগী খূৎনমদি মণিপুবী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা পুথোকপিখ্রবনি। লাইরিক অসিনা মণিপুবী সাহিত্যবু নুংশিবিবা মীওইশিং, অপাবশিং, ছাত্র-ছাত্রীশিং অমদি রিসচরসশিংদা কান্নবা খবগীম্‌খৈদি ফঙহনবা ঙম্লগনি নীংজে। মসিনা লাইরিক অসি পুথোকচবগী মরুওইবা পান্দম্লি।

লাইরিক অসিবু সমিতিনা অহুমশুবা খূৎনম ওইনা ফোঙদোকচনবগী খুদোং চাবা পীবিরিবা পূকচেল চাউরবা অইবগী মচা ইবুংঙো শ্রী দিনমণি হাওবগী মফমদা সমিতিনা ইকায খুম্নবগা লোয়ননা তৌবিমল খঙবা উৎচবি। মণিপুরী সহিত্য পরিষদ, ইম্ফালবুসু লাইরিক অসিবু নৌহৌননা ফোঙদোকপা য়াহনবিবগীদমক নুংঙাইবা ফোঙদোকচরি।

লাইবিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা মরনাইগী শোয়ফদ্রবা থৌগাইনি খন্না অচৌবা থৌদাং লৌবিবিবা শ্রী ইবোসনা য়াম্বেম অমদি এ. সি. নেত্রজিৎ, লাইরিকসিগা মরী লৈননা বাহৈ খরদং ইবিরকপা সমিতিগী প্রসিদেন্ট শ্রী লোংজম জয়চন্দ্র সিংহ

অমদি লাইরিক অসিবু নম্বগী অচৌবা থৌদাং লৌবিরিবা লময়ানবা প্রিন্টসগী ইচিল-ইনাও পুম্নমক্কী মফমদা সমিতিগী মাইকৈদগী তৌবিমল খণ্ডবা উৎচরি। অরোয়বদা লাইরিক অসিবু ইবিরম্বা লাইওইখ্রবা ওজা হাওবম তোম্বগী মফমদা নোল্লুকচরি।

অজিৎকুমার থিয়াম
জেনেরেল সেক্রেটরী
নহারোল সাহিত্য প্রেমি সমিতি

তাং ৬-১১-২০০৬

# নূরা-শাষ্ট্লেম্বী

## অচঙবা মী

*নীপা ঃ–*

১) খোঙজোম্বা - লৌউবা নীপা অমা।

২) শমুলেম্বা - ওকচীল্লাকপগী মচা।

৩) শোইবোল - শমুলেম্বগী মনাই নীপা।

৪) মৈদিগোল থোঙনাওঙম্বা
নংত্রগা থোঙনাও মযাঙ ঙম্বা } - পাখঙ অমা।

৫) শঙলাকপা - ফমদৌ অমা।

*নুপী ঃ–*

১) শাষ্ট্লেম্বী - খোঙজোম্বগী মমোম।

২) লুরাঙবী - শঙলাকপগী মমোম।

৩) তোনু - মৈদিগোল থোঙনাওঙম্বগী মমা।

# নূরা-শাহ্লেম্বী

| শক্তময়াবিখিবশিং | শক্তম্লাংবা কাঙলূপ |
|---|---|
| **খোঙজোম্বা –** | শ্রীসোরেনশংবম নবকান্ত সিংহ |
| নাট্য সঙ্ঘ, রূপমহল। | শ্রীহাওবম ইবোয়াইমা সিংহ, বি, এ, (ই, এ, সি) |
| এরিয়ান। | শ্রীকোইজম ইবোহল সিংহ |
| পেরেডাইজ। | |
| **শমুলেম্বা –** | |
| শ্রীবিজয় সিংহ (নিংথেম পুখ্রী মপাল) | নাট্য সঙ্ঘ, পেরেডাইজ, এরিয়ান। |
| শ্রীসমোম লুখোয় সিংহ | রূপমহল। |
| **মৈদিগোল থোঙনাওঙম্বা –** | |
| শ্রীবীরমঙ্গল সিংহ (নিংথেম পুখ্রী মপাল) | নাট্য সঙ্ঘ, পেরেডাইজ, এরিয়ান। |
| শ্রীরাজকুমার জিলাম্না সিংহ | রূপমহল। |
| **শোইবোল –** | |
| শ্রীমোইরাংথেম ইবোবী সিংহ (মোইরাংখোম) | নাট্য সঙ্ঘ, এরিযান। |
| শ্রীগুরুমযুম ইবোচৌবা শর্ম্মা (ৱাংখৈ) | পেরেডাইজ। |
| শ্রীগুরুময়ুম নিশিকান্ত শর্ম্মা | রূপমহল। |
| **শঙলাকপা –** | |
| শ্রীনোংমাইথেম সুধীর সিংহ | নাট্য সঙ্ঘ। |
| শ্রীৱাংখৈময়ুম ইবোচৌ সিংহ (ৱাংখৈ) | পেরেডাইজ। |
| শ্রীসরোখাইবম ব্রজলালা সিংহ (য়াইস্কুল) | রূপমহল। |
| শ্রীথাইদেম বনজিৎ সিংহ (উরিপোক) | এরিয়ান। |

| শক্তময়াবাখবাশং | শক্তম্লাংবা কাঙলূপ |
|---|---|
| **শান্থলেম্বী –** | |
| শ্রীমতী ইবেলৈ দেবী | নাট্য সঙ্ঘ, পেরেডাইজ, এরিয়ান। |
| শ্রীমতী নোংমাইথেম বিমলা দেবী | রূপমহল। |
| শ্রীমতী থম্বালঙৌ মচা দেবী (খুবায়) | রূপমহল। |
| শ্রীমতী সাপম নুপীমচা দেবী | রূপমহল। |
| **লুৱাঙবী –** | |
| শ্রীমতী মোইরাংজাতী দেবী | নাট্য সঙ্ঘ। |
| শ্রীমতী থম্বালঙৌবী দেবী (কোংবা) | পোরেডাইজ। |
| শ্রীমতী বিনোদ কুমারী দেবী (ব্রহ্মপুর) | রূপমহল। |
| শ্রীমতী লোইদাং দেবী (কৈশামথোং) | এরিয়ান। |
| **তোনু – *** | |
| শ্রীমতী গৌবমণি দেবী (কৈশামথোং) | রূপমহল। |
| **লমজিং-লমতাকপা –** | |
| শ্রীনোংমাইথেম থানিল সিংহ | নাট্য সঙ্ঘ। |
| শ্রীগুরুময়ুম প্রহলাদ শর্ম্মা | পেরেডাইজ। |
| শ্রীমৈত্রম বীব সিংহ | রূপমহল। |
| শ্রীহাওবম ইবোযাইমা সিংহ, বি, এ, (ই,এ,সি) | এরিয়ান। |
| **লমজিং-লমতাকপগী তেংবাংবা –** | |
| শ্রীসবোখাইবম ব্রজলালা সিংহ | নাট্য সঙ্ঘ। |
| শ্রীগুরুময়ুম অমুমচা শর্ম্মা (ৱাংখৈ) | পেরেডাইজ। |

* রূপমহল নত্তনা অতৈ খেঙ্গোংলাংপৃংদা তোনুগী শক্তমলাংবিখদে।

শ্রীকাহ্নাই সিংহ (উরিপোক) — এরিয়ান।
শ্রীসোরেনশংবম নবকান্ত সিংহ — রূপমহল।

**জগোয় –**
শ্রীনোংমাইথেম সুধীর সিংহ — নাট্য সঙ্ঘ।

**ইশৈ –**
শ্রীঅহোংজাও সিংহ (চৈজীংবা) — নাট্য সঙ্ঘ।

**শৈবাংফমদা –**
শ্রীশেলুংবা সিংহ — নাট্য সঙ্ঘ।
শ্রীনান্দেবম ইবোয়াইমা সিংহ — নাট্য সঙ্ঘ।
শ্রীমনি শর্ম্মা — নাট্য সঙ্ঘ।

**পোৎলোই-শম্পোৎ শীনবা –**
শ্রীঅয়েকপম লক্ষ্মন সিংহ (য়াইস্কুল) — নাট্য সঙ্ঘ।

**খেঞ্জোংলাংপূং-শেনবা অমসুং মৈ শান্নবা –**
শ্রীসরোখাইবম ব্রজলালা সিংহ — নাট্য সঙ্ঘ।

---

মথক্কী শক্তমলাংবা কাওলূপ মবি অসী নত্তবা অতৈগী মবম নীংথীনা খংজদবনা মখোয়গী মবমদি পঞ্জদ্রে।

# নূরা শান্থলেম্বী

## *অহানবা তাংকক*

## ১নবা উংপা

মফম - শঙলাকপগী মরানয়ায়

মতম - নুমিদাংবাইবম

(লুৱাঙবী-গা শান্থলেম্বী-গা লোযননা নূবা চানূবা মযাম মোইথাপ নাইবি। অমগা অমগা পাখোং-চন্নবি - ৱাবি-ৱাতায শানবি অদুগা খরা অমনা শৈদান্নরি।)

## *লুৱাঙবীগী ইশৈ*

ও –

কেগেগীদি থমংখোং,

মোইবাংগীনা থমংপাৎ,

ঈবাই-লৈমা মশাইকোল,

খুযোন ঙৈবী শোয়মাঙ্দা;

লৈবাং মানা শাৎপা-লৈ,

হাদা থম্বাল নুংশিরৈ !

ঈবোন্নুংদা পোন্নগা ঈপাল্লাংনা শাচ্চবী

খোইমু'ই শহুম ফংবদা থেক্লা জগোয় শাজবী

লৈহি তেংনা কত্তুনা

লৈনা চামা নিপান্না

নাউযোম শানা য়োন্নগা

মশাবী মনেম মচাবু
ইনূং-চূপ্পা কোনবদো
কল্লক্ক্রনে, কল্লক্ক্রনে, লোয়ম্বী!
(মখুৎনা শাহুলেম্বীগী মখদাঙ পায়দুনা নোম্মী)

## চনুরা অমগী ইশৈ

ও —
পোইরৈ শোয়বুং শোয়্য়া-পাৎ -
ঈকা শোয়রেল শোয়্নাপ-পাৎ
ঈপাল লাইজা ঈরোকফম
ঈঙৌ লাইজ ঈচুমফম;

য়াঙ্গোই-নিংথৌ মশাইকোন, লৈতাঙ্পাৎকী পাৎয়ায়দা
লৈরাং মানা শাৎপা-লৈ, হা থারিকথা নুংশিরৈ;

থাজ-থম্বাল ঈপোল্লাং
মালঙ ঈথিন ইৱায়-ন
লৈ-ন নোমনোম খাঙবদো
মিহৌদ্রনে, মিহৌদ্রনে লোয়ুম্বী!

## শাহুলেম্বীগী ইশৈ

ও —
নোংমাই নোংথেম হারম-চীং
কংলৈ-পূংয়োন ঙান্ন-চীং
নোংপোক নিংথৌ মশাইকোল,
লোম্মাই থন্না শাৎপা-লৈ,
নুঙ্গায়-লক্কী পশোৎ-লৈ;
শীন্নৌ-লশিং তবোপ-লৈ, থোৎনা-ঙৌনা-অপান-লৈ
মকে লংদূম তান্ন-লৈ, অকে-লংলা নাই-ন-লৈ;
নিঙোল ঐনা নাইজবা,
লংলেন লংনা চরৈশা,
শাবী মানা থোনবদো;

মোম্লুই মিৎয়েং-লোঞ্জানা
মিতা মিতা য়েংবদি -
কমদৌবগে, কমদৌবগে ইখোয়নৌ !

ময়াম পুন্নমক-ব্রা-ব্রা নোকমিন্নে;
শঙলাকপা চঙলকই

শঙলাকপা - ইপায় লাংলেন লুব্রাঙলোই,
ইমোম নঙবু তাব্রনহে ।

(লুব্রাঙবী থোরকপা)

লুব্রাঙবী - পন্থৌ অপোকপা
করি তাকপিগদবা ?

শঙলাকপা - করি শূরি ইবেম্মা ?

লুব্রাঙবী - চনূরা ময়ামগা
মোইথাপ শিন্নাই তাঞ্জরি ।

শঙলাকপা - কৌথোকলকউ নতাশিংসু ।

লুব্রাঙবী - (চঙ্শিন্দুনা) তারিবরা ইতাখোই ?

(ময়াম থোরকপা)

শঙলাকপা - লাংলেন শাছ্লেম্বী !

শাছ্লেম্বী - পন্থৌবু !

শঙলাকপা - ঙসি কোরৌ নুমিত্তি
শিন্নাই তাল্লবসু ইচাশা ।
মপু স্না নোংদমখোল
চিঙ্গোয় পাওমেন খোন্নিহে ।
আ -
কেগে খুঞ্জাও লৈচাওনবা
মোইরাং চাকহোঙ ঙাহোঙনবা
কুমসী কুমজা হরাওবা
কেগে পাখং অমতা
মোইরাং চানূরা 'মতা
চীৎথফদে তাকপিরি ।

’দুনা নহান ইপানা
তম্বিখিবা নখোয়দা
জগোয় খুৎথেক হাপখিবদো,
ব্রাংলেন পুংখায় মরুমদং
ইপায় মাঙদা শাগৎলু
অশোয় অঙাম পূম্নমক
ইপানা তুক মেনখৎকে।

লুব্রাঙবী - শাদুম শাদোকসি ইতা

শাম্বলেম্বী - হৈবু হৈত্রিনে ইতা!

শঙলাকপা - হৈত ফদে শাগৎলু
তাকপি তম্বীনিদনা (ইপানা)

[(ময়াম পূম্নমক ইল্লল্লিবা নমথাংনা খাঙজেৎ মচি লাংবা অমসুং মখুৎ লান্নদুনা লেপ্লা, জগোয় শাবা হৌগৎপা) ইশৈ শক্লিঙৈদা শমুলেম্বনচিংবা পাখঙ ময়াম লীচৈ তুঙ্গোল অমমম পায়দুনা চঙ্লকই। শমুনা কোয়চৎ-চত্তুনা নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌদুনা শাম্বদা য়েংই - শোইবোন, শমুনা চৎলে চৎলি ফমলে ফম্মী - মবুংঙোবু শেন্দুনা লৈ।]

## ইশৈ

চীংঙু লাইও থাংজিং লাই
মোইরাং থাংজিং কোয়রেন-লাই
ঈশা মাপল পুবা-লাই
ক্বাক্তা নুংশিৎ লোইবা-লাই
খোয়ুম থৌগল ফংজবা
পুন্সি লৈবা পীবিয়ু। (ও-দে)।।
নশু লাইবক চাউবীনা
জগোয় খুৎথেক কচ্চবা
চীংঙু নঙনা পেনবিয়ু
খোইয়ুম নঙনা চানবিয়ু (কো-দে)।
শঙলাকপা - য়েৎনা শাবা জগোয়না
য়েত্রাই জগোয় কৌইদা
ওয়না শাবা জগোয়না
ওয়ত্রাই জগোয় কৌইদা

সে-সে-শাসি
শা শাগৎসি।

(লীচৈ তুঙ্গোল অমা পায়দুনা থোঙনাও চঙ্লকই, হেক য়েংথোকখিবদা শাহ্নগা মীচ্চানৈ - শাহ্ন জগোয় শানি ইশৈ শক্কনি হায়বা খঙখিদ্রে শমুনা শাহ্নদা অমুক থোঙনাওদা অমুক য়েংদুনা খোযদৌ চাক্লা লৈ)।

শঙলাকপা - (শৈ-শক্তা) শাগৎলুদা ইচাশা
ইপানা য়েংবদা পেল্লেদা
ইপানা হোইবু লাউবিগে।
হোই হোই —!
হায়া — য়া, 'সিবু হেন্না হরাওবা
লৈবরা লৈবরা দে।
ত্রখেঞ্জোং মখেমজোং
ত্রখেঞ্জোং মখেমজোং
হা —
শক্কৎলুদা - ইমোমশা
'পানা তম্বীবা ইশৈদো।

## শাহ্ন অমসুং লুরাঙবীগী ইশৈ

চীংঙু লাইও লৈশেম্বা,
খোয়ুম লাইও নোংদম্বা,
'তোনবৈ মরুপ ওইরিবা,
লমজা-শারা য়োকপিবা।
চীংঙু মীওৎপিগনু,
খোয়ুম মরৈ চাউবিগনু।
নিঙোল ঐগী পুক্লীংসে,
মোম্ন ঐগী ব্রাবসে;
চীংঙু নঙনা চানবিয়ু;
খোয়ুম নঙনা কুবীয়ু - দে।

(ইশৈ লোইরে - জগোয় কন্না শাগৎলে শঙলাকপনা হোই লাউরে - শাহ্ন জগোয় শানি খঙখিদ্রে মখুৎনা অমদা মমীৎনা থোঙনাওদা য়েংদুনা লৈখ্রে। থোঙনাওনসু মমীৎ কুপ্তনা শাহ্নদা য়েংলি। মতৌ অসি শমুলেম্বনা উরদুনা পাখত্তুনা হঙ্গৎ হন্দা কোয়চেন চেল্লে।)

শমুলেম্বা - হায় লায় —
কেগে চানূরা ওইবীশা।
মিৎয়েং চোইজাইনগনু
নূরা, য়েংখুমিৎ থুংজনিহে।
(অনীমক্কী মীৎয়েংনা চোইনদ্রবদা শমুলেম্বা ঈ কারে)

শমুলেম্বা - য়েংনিংদ্রেদা, য়েংনিংদ্রেদা,
লাউ শোইবোল, লাউনহে,
মসি য়েংবা হৌনদে ইবো।

(শোইবোলগা শমুগা চৎখি। ঙাইহাক লৈবগা জগোয় লোইশিল্লে - থোঙনাও শান্থ য়েংনদুনা লৈরি।)

শঙলাকপা - আ — পারীশিংসু হনবিরো।

———

## ২শুবা উৎপা

**মফম** - শঙলাকপগী খবায় থোঙ্গাল মনাক

**মতম** - নুমিদাং ওইশিল্লকলে।

(থোঙনাও থোবকই। অবাপ্পদা উদনা শমু লুমদুনা লৈরি।)

থোঙনাও
কেগে কনাই মমোম্মো,
লমদম কৈদা ঙানবীনো!
থাজ মানবী চেংলৌ,
তথক্লুবী মীৎম্না
ঙৌদ-ঙৌবী মায়থোঙদা
তঙাংনবী খজাই -
তয়ান মানবী চীনবাল।
তোংদোঙ তাবী খজাইগী
ঙাংঙ্রুনবা মফমদা
মুদ মুবী শমব্রুনা
মায়থোঙ মঙাল পীবিবী,
চেংলৌ-নঙাল তাবীও
কেগে কনাই মমোম্মো!
নূরা নঙবু নত্তনা
মৈদিগোল থোঙনাও ঙম্বনা
কনাই চেংলৌ য়েংলরোই।

(শমু শোইবোল চংলকই)

শমুলেম্বা
কেগে মচা কনানো
মোইরাং মচা কনানোহে?

থোঙনাও
তমবা নঙবু কনানো হে?
ব্রাঙাঙ কামজাও হুনবা

পায়মা নাশি থাংবা
লমকেৎ লমহাই, থোয়চৎপা
কেগে কনাই মচানো হে।

শমুলেম্বা - হা-হা-হা-, ঐবু খঙদ্রি ইবো!
ইয়ুম কেগে মোইরাংদা
ওকচিল্লাকপৈ মপারি
শমু ঐবু খঙদবা
তাইবং কনা লৈবগে হে?

থোঙনাও - হা হা হা হা হা!
ওকচীল্লাকপগী মচা
ওকনাও মচা হায়বদো
নহাক ওইরেকো ইবো।
করি পাম্বগে হায়য়ু -

শমুলেম্বা - করি পামগনি ইবো।
করি নতীক লৈদুনা
'থৌনা কয়া ফদুনা
শমুলেম্বা ঐহাক্কী
মীৎস্না লৈরাং ওইরিবা
নূরা শাছ্লেম্বীবু
মীৎয়েং লোঞ্জানদুনা
মীৎস্না - মীচ্চানবদি
নতীক করি লৈবনো হে?
শমু ঐনা খঙলগা
য়াইবি মাঙনি খঙদ্র হে?

থোঙনাও - (নোক্কুনা) অদুগী ওইরে ইবো,
খৌশাদুনা মমিদা
নশিংখা চোংথোকলিবদে?
হায়বিগে তাজৌ হোরৎপা-
পচ্ছৌ কোন্দা পোল্লিবী
তাইবং লৈরাং চানূরা

নতোমদগী নত্তেহে।
উরোং খিনবনা চৎনদে
লৈরাং হেক্লগা লোইরে - (ইবো)।

শমুলেম্বা - চরৈ নফি শেম্মুহে,
কেন্দ্রা উপাক খায়বগুম
'ঙৌবা লোংনা হাইথগে।

থোঙনাও - অপাম্বদা খঞ্জৌ ইবো
মুক্লাদরা, কাংজৈদরা,
চেঞ্জোংদরা, মাংজোংদরা,
খোংয়াইদরা, খুবৈদরা,
শৃক্তরা, নৃংদরা -
অপাম্বদা মৃক্লসি।
শীঙনীংবদা শীঙজৌ ইবো
থবাক লোংনা য়াবিগে!
'চাকপা খাম্বী মৈরিদা
মৈরাল নঙনা কৈদৌনি!
য়াম্লা খোনফম চাউনদুম
হায়বিরিবনিহে (ইবো)
শমু নমায ওল্লবদি
লীচৈ তুংগোল অসিনা -
কাঙদ্রুম থোমগুম থোমগনি।

শমুলেম্বা - করিগী শমায় ওনবা!
নঙস্ নীপা মচানি
ঐসু নীপা মচানি
নঙনা করি হেনগনি,
ঐনা করি ব্রাৎকনি।
ঈথিংদবা, পছিংদরা,
লীশৃদবা লীকাপ্তরা,
থাঙহাইদরা, তাহাইদরা

নতীক ইতীক য়েংনসি।
শমায় লৈগনু ইবো
নীপা থোকপা য়েংনসিহে।

থোঙনাও - চুম্মিহে ইবো,
শামান লেংমান্নবনি -
শাথোক লাম্থোক্লসি,
শয়ঙ পাম্বোম ঙান্নসি।
য়েন্দেম থরাম শোয়বগুম শোইগে
মৌবি, পোপ্তেক হাইবগুম হাইগে।

(অনীমক মফি শেম্নরে)

শমুলেম্বা - নীপা মচা নোংদমগে,
ইপু মচা নোংখাইগে
নোংমা পোকপা মচাদে
নিনী শিবা হৌনদে।
ঐগী ইতিক খঙগনি।

(অনিমক মুক্লাগী ফীবমদা কোন্নখ্রে-শোইবোল
মবুংঙোনা তৌরিবমখৈ তৌখ্রে। চানূরা ময়ামগা
শঙলাকপা হোত্তোরকই)

শঙলাকপা - 'য়া—, কনা কনানো হে?
(অনিমকপু শেত্তোক্তুনা লেপ্লগা)
মীগী খরায় থোঙ্গান্দা
ঈমু নাইমু তান্নগে
থৌরাং চাউনা তেমশিংবা!
চায়থোকউ—
লৌবুক লমহাংদা চায়নরু।

শমুলেম্বা - (থোঙনাওদা য়েংদুনা)
খঙগনিদো শরিশো।

(মফি কল্লপ্লগা চৎখি শোইবোলসু মতুং ইনখি।
থোঙনাওনা য়েংদুনা ফাক ফাক নোক্তুনা লৈহৌই)।

---

## ৩শুবা উৎপা

**মফম** - হাওরো তময়া খারে লৌবুক।

**মতম** - অয়ুক

(চীংয়ানি। নোংচুপ হারম পাংবদি চীংনা ইপোয় কোয়শিল্লী। লৌবুক্তগীনা চীংখোঙ য়ৌবা লমদম খরদি ওকখাক্লা শোঙভি। শীঙ্গুৎ, শীংনাঙ, তুম্মৌনা খূরক হাঙদনা হৌরী। মরক মবক্তা উয়ুং, থাংজি. উশোই, উইন্নচিংবা উপাল কয়ানা তোমথিন তোমথিন হৌরী। লৌফম অসীদা শাঙ্কুলেম্বীগী পম্থৌ খোঙজোম্বা লৌ-উরী। কোইরেন অমা লেংদ থোং খোংজোম্বা খারে লৌফম তান্না লাকই। ফৌপান্দা কোয়য়েং য়েংলগা মপুক্লীং নুঙাইনা হায়রকই।)

খোঙজোম্বা - ফৌপাল পান্দোঙ ফারক্লে।
পান্দোং খূৎলোল তম্লক্লে।
কোরৌ নোংদোল থক্তগী
লাইজ ঈব্রায়রবদি
ফৌপাল পান্দোঙ চাউরনি
পান্দোঙ লংচাক শারনি।
চীংজিল লোইদাম হৌখ্রগা
পোয়নু লৌরোক তম্লগা
ফৌরেল চরোং খাওদুনা
ইরান য়ায়দা পুগনি।
হ-হ-হ!
কয়া নুংঙাই য়াইফবা,
লৌমী ঐগী পুন্সিনোদা!

(মতম অসিদা খোঙনাওঙম্বনা খুৎশূ তা পায়দুনা তাউবা অমা পুদুনা য়ারৌ তানবা লাকই, খোঙজোম্বগী লৌবুক শমদুনা লোইবী চীংখোঙ তমলকপদা মাগা লোইনবা তাউবদুনা ফৌপাল মরক্তা শম্বদু উদুনা খোঙজোম্বনা লাউরকই।)

খোঙজোম্বা - হায়—হায়—,
তনবা নঙবু কনানো,
নমীৎ ননা পান্দ্রা হা ?
ফৌপাল খোঙনেৎনরিবা
তাউবদুবু খাম্মুনহে।

(থোঙনাও খুমদনা অদুম চৎলি)

ইয়া—!
হায়রিবমক্তদা হয়াহে,
অশীংনবু নেৎলিনে!
তনবা য়াইবি মাঙগেরা ?
উন-উন উথীনবা
তান-তান তাথীনবা
পলেম পম্বৌনা পোকপদা
নমীৎ ননা শোইনাইব্রহে।

থোঙনাও - (থোরক্কুনা) পম্বৌ নঙবু কনানো ?
য়াব্রা খোনফম, চাউমল্লি,
খৌমাওনদুনা তোক্কনি।
ফৌপাল কৈসু শোক্তনা
ইরাক লাকথুনদুনা
পলেম পম্বৌ পনববু
পম্বৌ কয়া চাউবনো ?

খোঙজোম্বা - নব্রা, কামজাও হুনগনু,
নমং পাবোৎনগনি।
কোরৌ শীংবুম কয়ানি
লৈখোম লৈনাঙ মরক্তা,
নোংদোল লাইজ ঈতীংনা
কোরৌ নুংশা খাঙদুনা
লাঙ্গোল য়োৎলম ফাৎ
য়োৎলম কয়াৎ তৌ
হুমাং ঈব্রায়ন,
পাঙ্গল থেক্লা উরকপা

তময়া খাৱে লৌসীবু
নৌৱা নঙনা মাঙহনবা
য়াইবি মাঙগে তেমশিংব্রা ?

থোঙনাও - পচ্ছৌ, ৱায়াম শৃগনু
ৱাথী ৱামাঙ তাগনি ।
পাখঙ শরেপ ফারকপৈ
শমু পাম্বোম মখা থা
পচ্ছৌ লোংনা তাগনি ।
ফৌনা শবৃক য়ৈরবা-ফাও
কাওরেল শমদুনা চৎনৈনা ।
ফৌপাল খুৎলোন মতমদা
শম্বদবু তাউবনা
কয়া মাঙগনি পচ্ছৌগী ?
পামব্রা শয়ঙ থৈনবা,
শীংব্রা পাম্বোম ঙান্নসি ?
পাখং-পাঙ্গল পাবদা
পচ্ছৌ পোলোই পাঙগনি ।

খোঙজোম্বা - কেগে পাখং থোয়গনু ।
মোইরাং মচা চায়থোকউহে-
কোইরেন মাগী ময়াদা
লালূ চোমায় কেনগনি ।
কেগে কনাই মচানো
কনানবু পোকপনো ?
চৎলু - নঙগী পচ্ছৌদা
লীশাং শীৎনা তমজক-
ঙলি নোংলেন নোংজাদা
পাখঙ নঙগী য়াইবিদো
খোঙজোম্বনা মোইরাংগী -
কনবিরকই হায়জর ।

থোঙনাও - নুংঙাইরেদা শরিশো !
কেগে খুঙ্গং তরেক্তা
মোইরাং খুঙ্গং মাপন্দা
থোঙনাও শয়াঙ-ঙম্বগী
কোলোয় ইমিং তাবদা
মিপাই কিথুপ্পরিবা,
যাম্বা খোল্লাউ তাবদা
নোংদোল শুন্দা পাইরিবা
চেক্লা শাখপ কায়দুনা
মালেম থক্তা কেল্লিবা -
থোঙনাও-ঙম্বা ঐনবু
তন্‌বা নঙবু লোইশিনবা
ম্বাংলেন মীৎকুপ ফাগদ্রা ?
নরৈ অদু ম্বারকউ
ঐগী খূৎশূ তাসীনা
নবূক্তুদা থিন্দুনা
নঙগী য়াইবি চূপকনি ।
অহন্নি -
পষ্ণৌগুম্মী খন্দুনা
মৈদিগোন্না হনবনি ।
শামান্নবা ওইর'দি
শয়ঙ পাম্বোম ঙা-ন-ন
কেন্দ্রা উপাক খায়বগুম
মালেম থক্তা হম্বুগা
ম্বাগ্রেম্নবা নহাকপু
লোইশিল্লমগদবনি । (চৎখি)

খোঙজোম্বা - কেগে য়াইতোঙবা মচা,
মোইরাং লম্খাইবা নহা,
ঙসি নোংলেন নোংজাদি

খৃৎশৃ তাবেল পাযবনা
যাইবি-যাইকন্নখিদো।
খঙগনি -
খুদোং ফংবা মতমদা
হাম্বুল শল্লাং পাযদুনা
কোইবেল মাগী মযানা
নঙগী লুবেল কক্কেকো।
থাংজিং, মার্জিং-
শলাই কোনবা লাইযাম্না
অত্র অউওঙ্বিহৌ।

---

## ৪শুবা উৎপা

**মফম** - খোঙজোম্বগী মরানয়ায়।

**মতম** - নুমিদাংবাই।

(শান্থলেম্বী মাঙ্গোন্দা ফমদুনা মোইথাপ নাইদুনা লৈ, শমুলেম্বা কে-না নৌনা নৌবা খোঙদোয় হুল্লকই।)

শমুলেম্বা - নূরা 'বেম্মা নুংশিবী!
শিন্নাই-তরেঙ মাঙদা থা
শীন্নৌ মোইথাপ খূৎনা চপ
মকে লংদূম তানবদা
মীৎস্না চোইজাইনদ্রবোই
পাখঙ ঐহাক লাকচরি।

শম্থলেম্বা - কেগে পাখঙ ইবুং-ও
য়াঙবা খোঙদোয় হুনবিখ্রো।
ইয়ুম মোংবা ইরানয়ায়
শাইগোননুংদা পম্থৌগী
কনা লৈতে য়ুম্বুরেল,
শাবী ওইবা নহাক্কা
শানৌ ওইবী ঐহাক্কা
চীক্লু লৈবা ফজদে,
কেগে মীনোক ওইগনি।
পম্থৌ মানা লাক্লগা
পাখঙ খোঙদাবিরকউ।

শামুলেম্বা - শানৌ লৈরাং শাৎলদি
শাবী খোইমু ইনবনি।

খোইমু মাগী শৈহেক্তা
লৈবাং লৈশাৎ তম্বনি।
লৈরাং-শাবেপ ফারগা
'মুবা শৈ-শক হেনগৎলি।
লৈবাং ওইবী নহাকসু
মপূম মরৈ ফাবক্লে,
খোইমু ওইবা ঐহাকসু
লৈখোং খঙনা লৈশঙলে।
অনীসীনা উনবা
মফম মতম লৈতেদা
চীক্লা চীকথ-নবনা
চীংগোয চীংলেম্লবনি।

শাছলেম্বী - নূবা ওইবী ঐহাকপু
শিঙেল শীংদা চল্ল'দি
লোইবী হেনবা অমুবা
খোইমু মাবু পামদবা
লৈবাং-লৈমাং-লৈহাউনি।
খোইমুই শাখপ কল্লিঙৈ
ঈপাল্লাংনা শাচ্চবী
লবাং থম্বাল থিবিহৌ।

শমুলেম্বা - নূবা শাছু ইবেম্মা!
নিঙোলশিংগী মরক্তা
কোবৌ নোংদোল মথক্তা
তোমথিল ঙানবী থবাগুম
চীক্লা নঙাল তাববী
পাযম লিংজেল খামল্লি।
নূবা ওইবী নহাক্লা
ফনেক তোংযান যাল্লিঙৈ,
শল্লাং লেংবান যৈবিঙৈ;

অপাম-নুংশি-নূঙঙোন্না
থনূং মিকপ তাল্লিগৈঙে;
থরক-ঈথক-ঈপোম্মা
লাইজ ঈমৌনরিগৈঙে
ঈঙাই থকপী চেক্লাগুম
ঈখৌ লাঙনা ঙাইজ্রকপা-
ঙসি কোরৌ নোংদদি
ঈঙাঙনা কুমদল্লক্কুনা
ঈঙৌনা মরাঙ হৌরক্লে ।
পাখঙ্ লাইবক চাউববু
নুংশিবিবা য়ারেনা ।

শান্থলেম্বী - নোংদম তুংওইনবনা
অঞ্জি ময়েক তাবদা
নূরা ঐগী লাইবক্তা
য়েকপিরমদ্রে চা-ননা ।
পাখঙগী শক উবদা
চীংগোয় পাওমেন তাবদা
থম্মোয় মরাঙ্ হৌদুনা
ইহৌ তোয়না লাংলকই ।
খাম্বী মাগী মৈনূংদা
উচান মকে খিক্কুমই ।
ৱাখল থারো পাখঙগী
ঙসি কোরৌসিদগী
অমুক-চীল্লোক্লদুনা
চীন্দা-নরনুসিদা ।

শমুলেম্বা - নূরা করি ৱানোদা
থেম্মী খঙনা থোয়বরা ?
পচ্ছৌ মাইবা মচারা
পলেম মাইবীনা পোকপ্রা ?
নপাম ইংখোল চাউগোইনুং

শিদ-মউ লিংবরা
নাদ-মপাল থাবরা,
শিরোয় নারোয় খনবরা ?
নূরা থোয়চৎনগনু ।

শাম্বুলেম্বী - শমু-লেম্বা ।
হায়নীং' মবায় পন্দবা
ঙাঙনিং' মরায় থিংদবা
নুজা 'চানি খনবরা ?
ইপায় ইংখোল চাউগোইনুং
মউ লিংলি শিদবা
মপাল থারি নাদবা,
শিরোই নারোই খঙনবু
ব্রারেপ-ব্রারোয় তাবনি ।

শমুলেম্বা - নূবাবু পোকপা পম্বৌনা
হেজীংগী হৈরাং চাদুনা
তরেৎকী মমল লৌদুনা
খরায়গী থক্তা লৈহাপ্না
লৈরোংবু লাইদা কৎপগুম
নূবা-ও থম্বাল মানবীবু
কৎখ্রবনিনে ঐঙোন্দা ।
পম্বৌগী তেমথেংনা কনবরা,
নিঙোলগী শরিনা চেৎপরা,
লোইদাম্বু কুইদরে খঙদৌবা ।
পাখঙগী ইরানয়ায় য়ৌরগা
নিঙোন্না চাউথোকপা য়াগদ্রা ?
য়্যাদগী ভ্রাখন্দুম তৌজহৌ ।
তাত্তৌবদা তানোৎপা
তানীং তমাঙ ওন্নবা
হৌনশারা নিঙেঙানগী ?

(শমু চৎখি)

শাম্বলেম্বী - নূরাবু পোকপা পম্বৌসু
পায়মাগী ব্রাখল থেলমল্লি,
মমোমগী পূকচেল খঙমন্দে ।
তাইবং মপোক অসিমা
নীংজবসি থুংদনা
শাংথ-তোলোই-নদুনা
হিংদৌবগী শরুক্তা
ব্রাংলেন পূংজা অমতং
মোম্মুই ইনীং থুংলগা
পুন্সি পোলোইনজগে ।
খোয়ুম নঙনা কুবিয়ু,
নীংজবসি থুংহল্লু ।

(শাম্বলেম্বী মমীৎ লৈখা য়েংদুনা লৈ-খোঙজোম্বা লেম্লে তুঙ্গোল অমা পায়দুনা চঙ্লকই)

খোঙজোম্বা - ইমোম লাংলেন ইবেম্মা,
তরা লূক্কোয় লোইরব্রা ?
কোয়ৌ চুপ্পা, ইপাদি,
লম্লেন লোক্তাক কূমদুনা
লেম্লে ঙা-থিরুবনা
তরা শংলৌ লাম্লেদা ।

শাম্বলেম্বী - লোইজরে পম্বৌ ।
(মমায় হাইগত্তে)

খোঙজোম্বা - (মুন্না ঙাইহাক য়েংলগা)
ইপায় লাংলেন ইবেম্মা !
মীৎস্না লৈখা খোন্দুনা
মীৎলু ঈরা চেনববু
ইমোম কৈদৌরবগে ?

শাম্বলেম্বী - কৈদৌদে নমোম অপোকপা !
পলেমগী ব্রাখল তৌবদা
তরংগী লাইজ শিম্বনা
খূদাংগী পিফম তৈবনি ।

পলেম-ও মানা লৈর'দি
চিঙ্গোইবু পাওমেন্নদুনা
নচাগী 'ব্বাবা কোক্কনি।

খোঙজোম্বা - ইপায় ইমোম চরৈহল,
শজীক মতুং ইনখ্রবী
থবা মমৈ ব্বায়খ্রবী,
মপুয় ফাংখোং পায়খ্রবী
পলেমগী ব্বাখল থাদোক্লো।
ব্বারগনু লাংলেনহল,
মপুয় শিঙ্খা ইন্দৌবা
নমু তাইবং মপোক্লি।

শাঙ্খলেম্বী - ব্বাজরোই কৌবা ঙমজদে,
পঙ্খৌনা খোঙদোই হুনখ্রগা।
নিঙোলগী নিঙোল কাসীদা
নমোম্মা শিন্নাই তাম্লিঙৈ
খুল্লকী কৈরেল লাক্কুনা
নচাবু লাক্কে তেমশীংলৈ।
পঙ্খৌনা শম্বল ফাৎপনা
নমোম্বু মিরায়বিবনা
কৈরাংবু থাকপিদদুনা
কৈরেন্না লাক্কে লাকপনি।

খোঙজোম্বা - ইমোম নঙবু পঙগনু।
নুংঙাই য়াইবী মরাক্তায়
তাইবং খোঙদা চেৎনবা
লাংলেন, 'পানা শীনবনি।
ইপায় ব্বায়া তুংইল্লু
পুন্সি তোলোই পানগনি।
আ- (শোঙ্খাংনৈ)
শমুলেম্বা হায়বদো

কেগে পাখঙরক্তগী
মীথোই মীহেন লৈবনি।
ফরে, ব্বাসি (তুক) থমখিসি
হয়েং-কোরৌ-নুমিত্তি-
ইপা ইচা অনীগী
শীষ্ছা 'মমম্ পাঙথোকসি।-
লোক্তাক কূমগে ইপানা
তরা চাকঙন চাদুনা
কুন্নাং চুপ্পা উরকপা
হাওরৌ তময়া খারৈ-লৌ,
ইমোম নঙনা য়েংলুচো।
কুম্বী লৌখাও তম্নরে
কুম-মৈ চোনবী ফৌরেনসু
খোইঙাং শারম্নগনি।
লাকও - লাকও, চঙ্লসি,
তরা চীংগোয় মেল্লুসি
লাইজ ঈপাল লাংলুরসি,
লাইমা লাম্লে ইপাদি।

(অনীমক চঙখি)

---

## ৫শুবা উৎপা

**মফম** - হাওরৌ তময়া খারৈ লৌদগী খরদং তাম্না লৈবা লোইবী চীংয়া।

**মতম** - শনগারকপা মতম।

(মৈদীঙোল থোঙনাও ঙম্বা খুৎশূ তারেল পায়দুনা তাউবা অমা লোযনদুনা লাকই।)

থোংনাও - ঙসি কোরৌ নুমিত্তা
য়েনখোং অহানবদগী
খোঙদোই হুন্দোরকপবু
কাওবেল শল-লোক মতমফাও
য়ারৌ 'মতা থেংনদ্রে।
পোইরৈ কদোম পাংবদা
লমলেন করি লমদমদা
য়ৈশিন্দুনা লৈখ্রবা।
আচ্চচা!
তাংজা ফিরুক খুম্লবা
শিনশূনিদা শরিশো।
য়ারৌ'মতা ফাদ্রিফাও,
ইয়ুম মোংবা ইরানযায়
শমায় ওনবা তৌখ্রয়োই।
লোইবী চীংখোঙ চীংয়াদা
চাক্তা-খোঙদাজরিবা
লমগী য়াইবী য়ারৌশা
য়াইবি-যাইকন্নদুনা
হিংননবা লোচ্চৌদো
থোঙনাও ঐগী তাজীন্দা

শায়াম শল্লাক শাজনি ।
খঙগনিদো শরিশো !
উরিৎ ফাওবা চোইহল্লোই ।
(তা চিঙ্দুনা)
এ ! এ ! এ !
য়ারৌ শজী নত্তরা !

(চেনগে তৌই অবাপ্পদা শান্থলেম্বীনা উচেক ঙাকপদগী শৈবাউ তাবদা খংলেপ লেপ্পী)

শান্থলেম্বী - (অরাপ্পদা শৈশক্লা লাওবকই)
হোই-য়া হোই-য়া,
হোই-য়া হোই-য়া

থোঙনাও - (ঙকচা-ননা)
এ ! ... ... ...
কনাই য়াবা খোঞ্জেন্নো !
ইচীক ইহুল তল্লবা
খুল্লক্তগী তাল্লবা
পোইরৈ তময়া অসিদা
থম্মোয় খোনবা খোনফম্না
নূরাশিংগী খোঙ্হোকুম
লাউরকলিবা অসিবু
খোয়ুম লাইরা, তাইবংলা !

শান্থলেম্বী - (অরাপ্পদা অমুক নৌহৌননা)
হোই-য়া হোই-য়া,
হোই-য়া হোইয়া,
হোই য়া — য়া — য়া !

থোঙনাও - এ ! অমুকসু লাউরকলে ।
চীংয়া লৈরি লাংলবা
তময়া কোরি চেল্লবা
কাওবেল শল-ওক মতমদা

নূরাই মির খোনফম্না
নীংবা কায়না লাউরক্লে।
তাল্লরোই, য়ারৌ ফাররোই,
য়াব্রা তুংইন্নখ্রগে খোয়ুম লাইরা, তাইবংলা
তাংদাংবদু খঙভুগে।
(কন্না খোঙদোই হুনখি)

## (মফম হোংবা)

**মফম** - হাওরৌ তময়া - খরৈ লৌফম
**মতম** - শনগারকপা মতম।

(লৌঙাক শগাই মথক্তা ফমদুনা শাম্ভুলেশ্বীনা লৌদা তাবা উচেক ঙাক্তুনা লৈ। ব্রা-করোক অমা খিঙল খিঙলদুনা ঈশৈ শক্লি।)

## ঈশৈ

মালংনা লিরি হুমলক্লে
ফৌনানা ব্রাই-ব্রাই লাউরক্লে।
মরোংবু চূম্বা ফৌপান্না
মালংগী মেঞ্জা ঈরোইনা
হাইনবু হুম্না থেকনৌরে;
(ঙসিনা লাইরেন-নিদা নোংজাদা)
জগোয়গী খূৎথেক হাপকৎলে।
হোই - য়া হোই - য়া,
হোই - য়ায়া - য়া!
লাইজনা ঈথক হৌগুম্না
শংলেনগী ঈথক হৌরেনা।
শানৌগী পূক্লীং খেয়রাঙভি
নিঙোলগী থনুং নুংওল্লি।
হোই — য়া হোই — য়া

হোই য়া-য়া-য়া।

(খবা থাপ্পা খোঙনাওঙম্বনা ইশৈ ওইনা লাওরকই)

## ইশৈ

চীংয়ানা লৈরি লাংলবদা
তময়ানা কোরি চেল্লবদা
চীংনুংগী তাম্না চেক্লাচানা
লমদম্বু তাম্না খোংবগুম;
মিরবা খোন্না মী-রোত্তুনা
পোইরৈবু তাম্না লাউরিবী-ও,
তাইবংলা, খোযুম লাইরেম্মরা
চীংগোয়গী পাওমেন বিরক্লোনে (ইবেম্মা)!

শাম্থলেম্বী - কনাই য়াব্রা খোঞ্জেলনো!

খোঞ্জেল অসি তাবদা
খঙহৌদনা নুঙেঙাল্লি।
খোযুম লাইনা থাবিবা
নূরাই নোংদম মাঞ্জরা?

(শাম্থলেম্বীনা শৈ-খুন্নকই)

## ইশৈ

হা ইবুংঙো –
খোঞ্জেনবু ফরবা খোইরাবা,
লৈরাংবু খোল্লগা খোলহেক্লা
লৈহীবু লোক্ল-ঙাই চেংলৌদি
লোত্তুনা লৈরিবা লোয়ুম্বা!
নহাক্কী মিরবা শৈশক্লা
লোক্লবা থম্বানগী থম্মোয়বু
নহাক্কী মিহৌবা শক্তম্না
শকচীনবিরোগবা শিঙ্গেলবু।

(মৈদিগোল যৌবক্লে - উনবদা অনীমক নুংবংননা লেপ্তুনা মীৎস্না অনী মীচ্চানৈ। শাম্বুলেম্বীনা যেংবা ঙমদ্রদুনা ইকাযদুনা মমায় লুকথখ্রবদা)

থোঙনাও - পোইরৈ কৈদা শাৎপীনো
লমলেন কৈদা ঙানবীনো ?
হ্-রি মানবী নপাউখোল
তাম্না মানবী নখোঞ্জেল
তারে তানা মনুংশি
চংলৌনবু মহেল্লি !

শাম্বুলেম্বী - হৌজবনা লাইরকোল,
শাচ্চবনা পম্বৌকোন,
ঙাঞ্জফম্না লৈকোইবুং।
কেগে পিদোন নুবীনি।
নূরাই কোলোয় মিংলেন্না
শাম্বুলেম্বী কৌজৈদা।

থোঙনাও পাখঙগী কোলোয় ইমিংদি
মৈদিগোল থোঙনাও কৌজৈদো।
কেগে য়াইফনুবনি
মোইবাং লমহাই মচানি।
শানৌ ওইবী চানুরা
নুংশি-লৈচিন্নসিবা।

শাম্বুলেম্বী - তিল্লাংবু খোয়দাবিদুনা
পাখঙগী পায়মা পাযবিখো।

থোঙনাও - নূবা নঙ্গী কাদদি
লোইবি চীংগুম লেঙদ্রবা
পামেল উগুম খাঙহৈবা
পাখঙ ঐগী পুকচেলনি।
প্ক্লীং অনী লোঙজদ্রে,
ব্রাখল অনী ফাংজদ্রে।

কোইরেন লাইনা খঙসনু
চীংগু ফাংখোঙ্ পায়নসি।

শাহুলেম্বী - শাবী পামেল উজাউবু
শানৌ ওইবী উরীনা
চেৎনা চিন্না য়েৎচগে।

থোঙনাও - অদু ওইর'দি চানূরা।

শাহুলেম্বী - তাকপিয়ুদা ইমান মচা।

থোঙনাও - শরি—পরৈ—চেৎনসি।

শাহুলেম্বী - ৱাশক পন্দোম লোম্নসি।

থোঙনাও - পলেম ঙম্সি তেমশিংনসি।

শাহুলেম্বী - পন্থৌ ঙমসি ৱাচান্নসি।

থোঙনাও - থাঙ্গী ময়া চীক্লসি।

শাহুলেম্বী - ফৌগী চরোং চিন্নসি।

থাঙনাও - (ফৌ চবোং অনিদং হেক্তুনা)
নূরা ওইবীসু চিনবিয়ু,
পাখঙ ওইবসু চিঞ্জগে।
ফৌ-লৈমনা খঙ্বিহৌ-
শাবী য়াইবি খোইমুনা
শানৌ লৈরাং লৈকাদা
পুন্সি-কায়দোং তমজরে।

(থোঙনাওনা শাহুগী য়েৎথংবা নাদা ফৌ-চবোং থেচ্চিলি)

শাহুলেম্বী - নূরাগী য়াইবি লৈরাংসে
পাখঙ ওইবদা কৎচরে।
ফৌওইবী-ও উবিহৌ-
লৈরাং লৈচিন তমজরে।

(থোঙনাওগী য়েৎথংবা মনাদা ফৌ চবোং থেচ্চিল্লি, খুৎকা-খুৎকা পল্লোইননা অনিমক্লা ৱাশক্লে।)

থোঙনাও - পানমিন্নসিকো তাইবংদা।

শাম্বুলেম্বী - মাঙমিন্নসিকো মালঙ্দা।

থোঙনাও - ফৌওইবীনা খঙসনু।

শাম্বুলেম্বী - কোরৌ হনবনা উসনু।

(অনীমক চিংনা যেংনবগা শাম্বুগী মকোক্লা থোঙনাওগী থবাক তমনা যাম্না তপ্না ভাথবকই।)

---

## ওন্তবা উৎপা

| | | |
|---|---|---|
| **মফম** | - | খারি লমজাও |
| **মতম** | - | ইনুং মমাঙ্ তমম-তমম্ব মতম<br>(শমুলেম্বগা শোইবোলগা প্রপ-প্রপ লাকই) |
| শমুলেম্বা | - | তাংলৌ ত-মম্ ত-মল্লে<br>তাইভং শক্তম খঙলক্ত্রে<br>ঐগী শাম্ব হল্লক্ত্রে। |
| শোইবোল | - | লৌকুম্লম্বা তাইদা ইবুংঙো ! |
| শমুলেম্বা | - | চুমদে নূরাবু পোকপা পম্বৌসু<br>পায়মা ব্রাখল থেনমল্লি<br>শাহিং চাবা শাশিংগী<br>শাগী শারাক তম্লফম<br>হাওরৌ তময়া লৌবুক্তা<br>থাবা চুমদে নিঙেঙানবু। |
| শোইবোল | - | হোইনে ইবুঙো চুম্মিনে<br>করিগুম্বা লাইকুদগী<br>শাগী শাখা থা<br>পাম্বা য়াথোং লোনখ্রবদি — |
| শমুলেম্বা | - | শমুলেম্বা ঐহাক্লা<br>তাইবং চীঞ্জাক চাবগী<br>করি কান্নখিগনি। |
| শোইবোল | - | মাসি নৎহিকতরগা<br>কনাগুম্বা পাখঙগা<br>ব্রাচানদুনা লৈরব্রা !<br>মাসোমদবু নক্তক তৌবোইনা। |

শমুলেম্বা - নূরা শাছুলেম্বী
নশূং লাংগীদমক্তা
ঐনা অসুক ব্রাবসি
নূরা নঙ্দি খঙদবোই।

শোইবোল - হোয়নে ইবুংঙো, খিৎ খঙমন্দেনে।
(যেংথোকখিবদা থোঙনাওগা শাছুগা লাকপা উরদুনা)

শমুলেম্বা - কনানোহে!
চানূরাদি অমগা
পাখঙ ওইবা অমগা
চীংগোয় পাওমেন্নদুনা
লাক্লিবসে অসোমদা
ঐগী শাছু নত্তরা!

শোইবোল - মানিনে মানিনে লাক্লেনে

শামুলেম্বা - কাওথোক্তুনা শমুবু
নূরা শাছুলেম্বীনা
কেগে পাখঙ অমগা
ব্রা-চানরক্লবকো!
খঙগনিদো শরিশো।
খঙগনিদো শরিশো!!

(থুপ্পুনা লৈখি)
(থোঙনাওগা শাছুগা লাকই)

শাছুলেম্বী - লমদম ফনা তান্নক্লে
হনবিহৌরো পাখঙসু,
খোঙকাপ কামজাও হুন্দুনা
নরম লমদম পাংবিয়ো!

থোঙনাও - শানৌ ওইবী ইবেম্মা,
কেগে খারি লমজাওসে
শাংঙি শাংঙি হায়দুনা
মোইরাং 'চানা ঙাঙনবা
ঙসি কোরৌ 'সিদদি

ফনা লাইমা তেল্লম্লে
য়ৌখিববু খঙহৌদ্রে।
নূরা নঙগী নশঙ্গায়,
য়ৌরব্রনে ইবেম্মা ?

শান্থলেম্বী - মীৎস্না মীৎয়েং তাবিসি
লমদম নক্লা উরিবা
ইংখোল চিথেক মরিদা
তালা পামেল হৌরিবা,
মালহৌদ্রবা য়ুমজাওসে
লায়র মোংবা ইয়ুম্নি।

থোঙনাও - নূরাগী খোঙদোই হুনবিয়ু,
নিঙোনগী খরায় থোঙ্গাল-ফাও
থিঞ্জগে শানৌ ওইবীবু।

শান্থলেম্বী - লৈবিহৌরো পাম্মুবা,
কেগে খঙদবনা খঙ
মোইরাং তাদবনা তা
লৈপাক মীনোক ওইরনি।
ঐবু পোকপা পম্বৌদো
পায়মা লিংজেল খাবনি।
হৈরাংনা হৈজিং ফাদ্রিঙৈ
লৈরাংনা লৈশাৎ য়ৌদ্রিঙৈ
খাঙুথক্তবু কেমগনি।
শাবীসু চিংনা য়েংবিহৌ,
শানৌসু চিংনা য়েংজগে,
চেংলৌদুম শক-চানখিসি
শরীবু নামুংদনবা

(অনীমক চিংনা য়েংনজৈ)

শান্থলেম্বী - হনবিরোকো ইমানমচা।

থোঙনাও - লৈহৌরোকো ইনেম মচা।

(শাম্বু মমায লৈথোক্তুনা যাম্না হৈনিংদনা চৎখি থোঙনাওনা উবিফাওবা যেংলম্লগা তপ্লা মমায লৈথোক্তুনা চৎখি। মরুমদগী শমুলেম্বা তফিং তফিংনা চেহ্নোবকই শোইবোল তুং ইল্লকই)

শমুলেম্বা - করি হায়বা!
"শাবীসু চিংনা য়েংবিহৌ,
শানৌসু চিংনা য়েংজগে
চেংলৌদুম শক-চানখিসি
শরীবু নামুংদনবা"
হৌজিক্কীদুবো 'সি নৎত্রা?

শোইবোল - মানি মানি, মাদুমক্লি।

শমুলেম্বা - অসি ওইহিক্লবদি
শমুলেম্বা ঐহাক্লা
কহা মাঙ
তিঙ্গ-কোক তাহৌবা!
কোক্ত-কোকপা লুকোক্তা
নোংলেন লেন্দুম হৈথবা!

শোইবোল - ফুদিত্তা মাংজোং চোংবা,
লাইজা ঈরোল মনুংদা
নীং তেকথোক্তুনা চেনবা!

শমুলেম্বা - শাম্বুলেম্বী!
নসুং লাংগীদমক্তা
পাখঙ শমুলেম্বনা
তাংজ ফিরুক খুমদ্না
মীৎস্না লৈখা য়েংহকো!
লাকচৈদা --
ইয়ুম কেগে মোইরাংদা।
ঐনা হিংলুখিবগী
করি কান্নখিগনি।

শোইবোল - কৈসু কান্নফম লৈতে
ওক্না নীনবা-মখৈ নীল্লগা
তাউবনা মনা থাবনে ।

শমুলেম্বা - হুম —,
চুমদেহে, ইবো চুমদে
চহি কুমজা কয়ামুক
মাগী নুংশি ৱাখন্না
কাহত্তুনা ঐহাকসে
তরা চীংগোয় মেঞ্জবা
লাইজ ঈপাল লাংবা ফাও
মফম খঙলক্রবনি,
নূরা শাম্বলেম্বীবু তরাই তগোক্রবদি
চুমদে ইবো চুমদেহে ।

শোইবোল - কৈদৌনা চুমলুনি হায়বা
ফক্লাংদা নপ্পা চুমনা
লৈমায়দা পোপ হেক তাবদা
মকোক উরু উরু ঙাওবমখৈ
তবি তবি হেক মচেল্লি !

শমুলেম্বা - অদুনা ইবো
হিবী'মদা কোল্লগা
''তাত্তৌবদা তানোৎপা
তানীং তামাঙ ওন্নবা
হৌনশানী নিঙেঙানগী'' ।
নূরা ওইবী মহাকপু
তালোয়শীংদা চনবনা
'সিগী লমন শিংবনি ।
নাম্বোকপবু খক য়ারোই
শমুলেম্বে খুত্তগী

নূবা শাছ্লেম্বীবু
নাঙ্‌হোকপবু খক য়ারোই।
(চৎখি)

শোইবোল - মানিদো নীপা থোকইদো।
মদোমদা হিরী কোন্দ্রবদি
তাংজ মায়দো করম্মা
হাইগৎকদবনো হায়বা!
(মতুং ইনখি)

---

## ৭শুবা উৎপা

**মফম** - খোঙজোম্বগী মবানয়ায়।

**মতম** - যাচঙবা মতম।

(খোঙজোম্বা তুঙ্গোল অমগা লোংউপ অমগা পাযদুনা খবায থোঙ্গাল্লোমদগী চঙলকই।)

খোঙজোম্বা - ইপায ইমোম চবৈহল!
ইপা লাক্লে ইবেম্মা,
থোঙগী নাতে কাঙভুশা
চাবগী পৌবোল শৎলু-শা! (খুন্নক্তে)
লাংলেন নঙবু তাব্রনহে?

(খুন্নক্তে — ঙাইহাক লৈবগা)

হাই — হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রি!
লৌবুক্তা চেক্লা ঙাকপবু
কোবৌনা ইনুংচল্লবা
মতম 'সি ফাওবা হল্লক্ত্রি।

(ঙাহাক লৈবগা শাছুলেম্বী লাকই, ইমুংদা চঙগে তৌই -খোঙজোম্বা শেপ্লপ্পা যেংলগা)

খোঙজোম্বা - ইমোম লাংলেন চবৈহল!

শাছুলেম্বী - পাছৌ অপোকপা

খোঙজোম্বা - কোবৌনা ইনুং চনবদা
লৌবুক্তে লাকপ্রা ইচাবো?

শাছুলেম্বী - পছৌ অপোকপা!
ফৌবেল খোইঙাং শাহৌবে
কোবৌ শীংবুম য়াম্লবোই
থাঙ্গোল থাবা যাবগনি।

খোঙজোম্বা - ইমোম লাংলেন, ইপানা

হংবা অদুক খুমখোদা —
লৌবুক্তগী হৌজিক্তা
হল্লক্লিবা অসিরা ?

শাহুলেম্বী - (খোঙবী লৈমায়দা তক্কুনা)
পহৌ পোকপা !

খোঙজোবা - করি —
তোনবা নারল চল্লবা
তমম তমল্লবা ফাও
লৌবুক লৌরী য়াঙবীথক
লৌঙাক শগাই পাবলথক
ইমোম লাংলেল নহাক্না
শিহ্না করি শিহোকপা
ইপাদা তুক তম্মুহে।

শাহুলেম্বী - পোম্বী চেক্লা কনবনা
য়াব্বা খোনফম তা-মখৈ
কোরৌ চুপ্পা লাউজেনে (অপোকপা)

খোভজোম্বা - ইমোম লাংলেল,
চরৈ থুপচানগনু,
মমলবা ফাও মালেম্না
পোম্বী মানা চাক-থোকপা
চেক্লা মানা চাক-তাবা
হেনদেদা লাংলেনহল।
লোইরং শীংখোঙ ওইদুনা
নঙবু লৌকা থেঙহনবা
তনবা কনা য়াওবগে
অদুক তম্মু ইপাদা
মতীক চানা লাক্লগে।
অদু নৎহিকতরগা
ইমোম লাংলেন ইচানা

চেংলৌ খোযদাজরব্বা
ব্রাচানবা লৈর'সু
হায়যুদনা ইপাদা।

শাম্বলেম্বী - (নমোম) কৈদৌদেনে অপোকপা!
নিঙোল ওইবা ঐহাক্কী
ইশিল পাঙথোকচবনি।

খোঙজোম্বা - আ - নুংঙাইদা!
ইচায় য়াব্রা তাবদা
ইপা পেল্লে ইবেম্মা।
হৈরাঙ হৈশক তমখ্রবী
লৈরাং লৈপু পানখ্রবী
ইমোম লাংলেন নহাক্কী,
অসি খন্না চৎলুদো!
অসি কোরৌ সিদগী
মোংবা নরান যাযদগী
খোঙফৈ খুদা অমা-ফাও
চথোকফদ্রে খঙঙুকো।
চৎলো-চঙঙো ইমূংদা।

---

## চম্ভবা উৎপা

**মফম** - খুনদিনবীগী লম্লোঙ অহুম ফাংবা খাবী লমজাও

**মতম** - শঙ্গাবকপা মতম ।

(মৈদিঙোন থোঙনাও ঙম্বা ব্রাখন্না কাহত্তুনা নুংশুকনুংজা-ননা লাকই)

থোঙনাও - নূবা নঙ্বু উদবা
কোবৌ শীংবুম যাম্লক্লে ।
তময়া খাবৈ লৌবুক্তা
শগাই পাবল মথক্তা
খুনীং মোইদোন কাঙ্দুনা
খুবাক্কী লাইখল তাদুনা
কোবৌ শীংবুম কযাসি
ঈঙাই থকপী চেক্লানা
ব্রাশা ফৈবাথক্তা তোং
চেক্লা মযা হা-হা-কা
তিঙক তিঙক যেংদুনা
নোংদোল লাইজ ঙাইবগুম
নুংশি চেংলৌ ঙাইবদি
পামজ’ শক্তম উখিদ্রে ।
শাছুলেম্বী !
নূবায ব্রাখল থেনবনা
তাইবং লোনচৎ খঙদ্রবোই ?
তাইবং ঈবেন মপুঙযায
নমু তাইবং ওইবনা
শীত্তোকখ্রবা তিল্লাংবু
হঞ্জিনবা ’মুক যাদগুম

ঙাংথোকখ্রবা যাৱাসু
যাদ্রে অমুক হঞ্জিনবা !
যাৱা নঙগী তুংইন্না
যাৱা নঙগী তুংইন্না
চৎলোইদবা লৈর'দি
লাইবক চাউবা পাখঙদা
করিগীনো নিঙেঙান্না
ওইদ-লাংবু থাক্লম্বা !
নূরা ৱাখল হামল্লি ।
(ঈশিং পুন অমা পুদুনা লুৱাঙবী ইশৈ শক শক্তুনা লাকই)

## ইশৈ

ও –
নুংদাং শীৎপা নুংশীৎনা
লৈচিন পোকপা নুংশীৎনি
অয়ুক শীৎপা নুংশীৎনা
লৈচিল লোকপা নুংশীৎনি
খাম্বি মৈশা লাংবদি
থাপ্তোক্লগা মকোকই
নুংশি মৈনা ৱায়বদি
থাপ্তোক্লগা মহেল্লি ।

থোঙনাও - চুম্মি !
নূরানা হায়বা চুম্মি ।
নুংশি মৈনা চাকপদি
তাম্ল-তাম্লরগবু
চাকপা মৈচাক হেনগৎলি ।
তামখিবনা অপাম-শক
কাযনা মৈশা লাংদুনা
যাইবি থাসি থাঙমদা

যাংদৌ মানা চোংবগুম
পাখঙ ঐসু চোংজরি।
নূরা নঙসু অদুবা
নুংশি মৈনা চাকপরা?

লুৱাঙবী - নত্তে নত্তে ঐহাক্তি
অপাম মৈশা লাংদ্রিবী
নুংশি চেংলৌ লেপ্ত্রিবী,
চবাঙনবী চানূরা
চোঙলম-চাদ্রিবীনিদা।

থোঙনাও - অদুদি—
অদুক থৱায শোক্লবু
তেংথা নাওইবিবদি
কবিনো চানূবা?

লুৱাঙবী - লাইবক চাওবী অমগী
নোংদম থীবা উদুনা
তেংথা নাওইনদুনা
লমথাঙ্ যৈনা চচ্চবি।

থোঙনাও - মহাক্তবু কনানো?
চীংগোই পাওমেনবিযুবা!

লুৱাঙবী - অচেৎপা,
থুপচানবা ৱাফম্বু
পাক হাযদোকপা যাববা?
খব খবসু খঙ্গুম্মী
পাখঙ কোলোয মিংলেনবু

থোঙনাও - থোঙনাও ঙম্বা কৌজেদো!
হায়যু চানূবা ইবেম্মা
নূবাদুবু কনানো?

লুৱাঙবী - মানা ঐগী ইতাবোই
ঐনা মাগী পাওখোল্লোই।

মাবু পোকপা পছৌনা
য়োৎকী শবঙ পোম্নুন্দা
মখোঙ যোৎহ্লিং চন্দুনা
ফাজীনখরে মহাক্তো।
পোনগী পোম্বী ওইবনা
পাইথোক্লকসি পাইঙমদা,
যাইবী থাসি থাঙমদা,
ইচেল ঙাগুম থবকহল
ঈকং ঙাগুম মিপাইচাউ
লেমলৈ মানা চোংবগুম
ওন্না থোইনা খাঙহৌই।
নীপা থোকপা পাখঙনা
শবী পছেং লোম্ল'দি
য়ানখাযদুনা পছৌ পোন
পোম্বী মাবু থাদোক্লু।

থোঙনাও - পোম্বীদুনা কনানো?
কোলোয় মিংলেন পনবীযু।
চীংগোই পাওমেনবিয়ুবা!

লুৱাঙবী - নুবা শাহ্লেম্বীনি।

থোঙনাও - নূরা শাহ্লেম্বী!

লুৱাঙবী - নীপামচা নোংদম্মূ
নপুমচা নোংখাইয়ু।
নোংমা পোকপা মচাদি
নিনী শিবা হৌনদে।
পাঙ্গল শোনবী নূজাগী
শরী ৱাশক ঙাকপীয়ু।
ইখোঙনদি কাদনা
লেপ্লতনা চীংখোঙদা
চীংদোল য়ৌবা ঙম্বরা? (চৎখি)

থোঙনাও - হৌজিকমকপু চঙগনি !
পম্বৌ কোন্দা চঙদুনা
য়োৎকী পোনবু য়ানখায়নি,
থান্দোক্কনি শাম্বু ।
শরী নামুংনহল্লোই
শিরবসু শিব্রগে ।
নূরা ইনেমচা-ও,
লাইজ য়ায়দা হৌজবী
ঈপাল তাংনা শাচ্চবী
ইনুং নোংশোই-চুপ্পবু
খাইনা মৈচাক খাঙজবী
শীঙেল থম্মাল মাল্লবী
নূরা শাম্বলেম্বী-ও !
লিংজেল খাবা পম্বৌগী
য়াব্রা খাম্বী মৈশানা
থম্মোয় লৈরাং খূইরবোই !
ব্রারুগনু লৈনুংশি—
কঙাওনবা খোইমুগী
তুফাং য়ৈবা শাখপ্তা
মুবা শৈহেক তাবদা
লৈরাং য়েন্নিং হুনগনি ।

(চৎখি)

———

## ৯শুবা উৎপা

**মফম** - খোঙজোম্বগী মরানয়ায়

**মতম** - নুমিদাংবাই

(খোঙজোম্বা মাঙ্গোল্দা ফমদুনা শঙাই অমনা পৈযা শিদুনা লৈরি, শাম্বলেম্বী খোঙগী থোঙবা পাযদুনা লেপ্লী ।)

খোঙজোম্বা - তাইবং পান্দা পোক্লিবা
নমু তাইবং ঐখোয়না
'খোয়বু পোকপিরক্লবা
পলেম পম্বৌ অনীগী
য়াব্রা ইন্না চৎলগা
নুংঙাই য়াইবি মরাঙকায় !
অসীব্রাদি তুংইন্না
ইমোম শাম্ব নহাকসু
ইপায় য়াব্রা ঙাকউকো !
অদুতদা নহাক্কী
মীরম-লাইরম্লেন'নীদা
য়াইফ-লম্বেল ওইগনি ।
পূক্লীং তয়াং-তশোইনু,
তিল্লাংখাগী ইমোম্মি
ফৌরোই য়েংনা ইপাগী
চত্তৌবনি লাংলেনহল ।

শাম্বলেম্বী - পম্বৌ !
লাইবক চাওবী নমোমদা
শমুলেম্বে ব্রাদদি

পনবিরনু অপোকপা!
ইপূক থোক্লা পামজদে
নমোম ঐনা খোয়দাদে।
শমু মাবু নত্র'দি
ওইসু লোইবী চীংশাংদা
থোকসু শেনবি মীরমদা।
নয়াথংবু কোক্তা-থোং
নোক্লা নোক্লা চচ্চগে।

খোঙজোম্বা - ইয়া, মতোইনরা-হা!
মপা ঐগী চীছক্তা
অরংননা খুম্বাশাই!
পীশক পীক্লিঙৈদগী
নাওয়োক নাওকোল্লকবা
নপা ঐনি খণ্ড্রহে!

শাছলেম্বী - নোংমতসু নত্তনা
পোকঙমদ্রবা মপোকসি;
পিগী ঈরা কংদনা
শায়বা শৌগী শৌরক্তা
পুন্সি লোম্মু তাকপিবা
পছৌ ঝাখল তৌবিয়ু,
পায়মা পুকচেল কনবিনু।

খোঙজোম্বা - ইয়া-, কয়াদনোসে!
ঈ'তূম ওইরিঙৈদগী
নাউয়োক নাউকোল্লক্লনা
মথোক কারক্লবা-ফাও
য়োক্লক্লবা পছৌগী
ময়াথংবু ইনবদা
নিংদোল পোম্বী নঙনদি
পুকচেল কলহিক্তরগা

কাঙ্লোন চুম্না চৎলিবা
মাবু পোকপা ঐহাকপু
পুকচেল কল্লি হায়রিনে (সে)।
শাহলেম্বী, নঙ খঙব্রি
"কোরৌ নোংদোল 'সিবুসু
পল্লৌ মানা মরাংঙি;
মালেম লৈমাদগীসু
পল্লৌ মানা মরূম্মী।"
লাইরা ওইবা রাফমসে
হায় 'ইন্দবী নহাক্তি
হৌজিক ফাওবা খঙহিক্রি ?

শাহলেম্বী - খঙ্ঙি, ঐসু মখঙ্ঙি।
ঐবু পোকপা পল্লৌনা
কোরৌদগী মরাংঙি
মালেমদগী মরূম্মী।
অদুবুনে অপোকপা,
মাগী রাফম 'সিদদি
নমোম লাইবক চাওবীনা
নয়াথংবু ঙাকচবা
মাই ঙমজরোই নমোমদি
মাই ঙমজরোই অপোকপা।

(ইমুন্দা চংখি)

খোঙজোম্বা - অচম্বা !
ইপূকথোক্কী ইচানা
মপা ঐগী চীহুক্তা
অরংননা খুম্নবা।
খঙগনি
ইমোম লাংলেন ইচাবু
তিংলীগুম্না লৌওনহন
নুংনাং-নুংচাক্রুহনবা

তনবা মহাক অদুগী
মনম হাইফেং ফংবদা
মতিক চাবা লাক্লগে (দো)।

(ইমুংদা চঙ্খিদুনা লোঙ্শা তরেৎ পানবা লোঙ পুথোরকই লোঙদুগী লোঙজিন্ অমা নাহ্রোকপা উদুনা হায়রকই।)

য়া! 'সুক চেকশিন্না পাল্লবা
লোঙগী লোঙখূম অসিনা
নাহ্রোক্লিবা অসিবু
করি ফত্ত' খুদয়্রো!

(পানশিল্লগা ফক্লাংদা ঙাদুনা থম্মী ফমথরগা পৈয়া শিদুনা লৈ। থোঙনাও ইকাই ইকাই চঙলকই, খোঙজোম্বনা মমীৎ শৃক্তোক্তুনা ফৈরগ্না মুন্না য়েংলগা হায়রকই।)

খোঙজোম্বা - (শৃক্তোক্তুনা)
তনবা নঙবু কনানো হা?

থোঙনাও - পন্থৌ মানবা ইপা-ও,
কেগে খুন্থুক মচানি।

খোঙজোম্বা - তনবা করি হায়নীংঙি?

থোঙনাও - থাঙ্গ লৈকায় কোয়জরকপনি।

খোঙজোম্বা - (ফাক ফাক নোক্তুনা)
থাঙ্গ লৈকায় কোয়রকপা!
করি নশিল লৈদুনা?

থোঙনাও - পন্থৌ মানবা ইপা-ও
য়োল্লবদা ঙাকপিয়ু,
লাল্লবদা কনবিয়ু;
নমোম শাংলি খঙদুনা
শকয়েংজবা লাকপনি।

খোঙজোম্বা - নঙ তাদ্রী, হ-হ-হ!
তনবা ননা তাদ্রী হা?
ইমোম লাংলেন শান্থলেম্বী,

'থক্তা মচেম শাংত্রবী,
'খাদা মনাও পোমদ্রবী,
তিল্লাং খোয়দাজরবী,
লৌশিং চাওবী ইচাবু
কেগেসিদা য়াইতোঙবা
মোইরাংদনা য়াইথোয়বা
পাখঙ শমুলেম্বদা
খরায় থক্তা লৈহাপ্লা
লৈরোং লাইদা কংপগুম
কংথোকখরে হায়বসে
তনবা ননা তাদ্রহে।
অচ্চা! (তকশী শোল্লী)

খোঙনাও - পম্বৌ মানবা ইপা-ও,
তকশী শোনবীগনুদা।
লৈকাই কোয়বা হায়বসে
চংনবীনী হায়দুনা
নমোম অমা শাংপগী
খোঙদাজরকপনিদা।
নমোম অমা শাংপগী
খোঙদাজরকপনিদা।
নমোম লাংলেন শাম্বু
থাজখরে হায়বদী
কেগে পুঙজাও থীন্দবনা
মোইরাং শেমবুং য়ৈদবনা
খঙজহৌদ্রে পম্বৌ-ও।

খোঙজোম্বা - করি?
তনবা করি হায়বা-হা?

খোঙনাও - থাঙ্গা লৈকায় কোয়রকপা
পাখঙ থিংগে হায়র'দী
খরায় থোঙ্গাল মমাঙদা

উয়োং অমা ৱাংনা খিন,
কেগে শেনবুং য়ৈদুনা
য়ুমথাঙ য়ৈনা লাউবিরো।

খোঙজোম্বা - করি! নৌৱা নঙনসু
শিল্লম শিছোং উত্তুনা
শিছা তাকপা শারিব্রা!
নঙক লাকল্লা ইল্ল'দি
নৌৱা মতা চায়োয়কো।
খোঙকাপ কামজাও হুন্দুনা
থুনা খোঙদোয় হুনখ্রোহে।
চৎখ্রো চৎলো য়েংনীংদে।

থোঙনাও - য়াৱা কাহেঞ্জিন্নিনা
পঙতাক তাকপীগনুদা (পছৌ)!
শজীবু লৈখুল তৌরবা
মিরেল পাবোৎ লোল্লবা
ইরাল লৈবসু নত্তা
কোয়জরকপা পাখঙবু
পাক-হেক ইনবা য়াব্রদা!

খোঙজোম্বা - ইনবদা নত্তে ইবো!

থোঙনাও - করি ৱাৎলি হায়দোকউ।

খোঙজোম্বা - করি ৱাৎকনি নৌৱা!
হাম্বুল শমলাং পায়দুনা
লালু চোমায় কক্কনি।
ঐবু কনা ওইনা উই?
চীংজীল থাদা, অদুঙৈ
তময়া খারৈ লৌবুক্তা
ৱাহৈ কেনাচন্ননা
নিংঙাই শাংদা-নখিবা
কাউরব্রাহে মীথীবোঙ।

থোঙনাও - খঙনা খঙনা ইশানা
হৌনচৎকী তুংইন্না
ঐনা খোঙদারকপনি !
অদু নোংগী মলোমদো
ঙসি নোংজা ফাওবদা
পায়মা নুংদা ওম্বীরি ?

খোঙজোম্বা - নীংঙমদনা য়ারিঙৈ
নীংজিং মাঙজিংনদনা
নীংথীজনা নীংহলহৌ।
চখোকখরো চৎলুহে,
তন্না খোঙদোয় হুনখ্রো হে।

থোঙনাও - হুন্দ্রবদি ?

খোঙজোবা - হুন্দ্রবদি (খুদোনবী থিন্দুনা) উব্রসে
থাংজা তরেত্তা শারবা,
লোঙশা তরেৎপু লোঙলবা,
খোঙজোম্বগী লোঙ অসিনা
নথবাক্তুদা ঈখূল পী
নঙগী য়াইবিদু চূপকনি।

থোঙনাও - ইশায় ইথৌ পাঙবদা
মৈদীঙোল থোঙনাওঙম্বনা
কনাবুসু কিবিদে।
থিঞ্জরোলাও লোঙদুনা
থবাক লোংনা য়াবিগে।
(লাউনবা তাবদা শাছলেম্বী থোঙ-মরুমদা লেপ্লরে)

খোঙজোম্বা - অচচ্চা !
হায়রি মক্তদা চীছক্তা !
হায়,- শমায় লৈগনুহে ইবো !
নঙগী য়াইবি লৌবিগে।

(লোঙ পায়দুনা লংগে তেমশীংলবদা ইমুঙদগী শাছলেম্বী চেম্ন্থোলক্তুনা অনিগী মরক্তা লেপ্তুনা মখুৎ তিংথোক্তুনা থাম্লরে)

শাছ্লেম্বী - পছৌ অপোকপা।
থাঙ্গা লৈকায় কোয়বকপা
কেগে পাখঙ অসিগী
যাইবী লৌবিরবদি
কেগে লৈবাক মপুগী
ব্রায়েল চৈরাক ফংগনি।

থোঙনাও - খাম্লগনু চানূরা।
নীপামচা ওইবগী
শরী ব্রাশক ঙাক্তুনা
নীঙোল-পোকপা-পছৌগী
মায়য়োক মাঙদা মায়বোঙযা
থবাক লোংনা লেপ্পুনা
পাখঙ য়াইবি থাদোক্কে।

শাছ্লেম্বী - মোইবাং পাখঙ অথৌবা!
নৌনা শক্লোক্লবনা
পাযমা পূকচেল খঙনদ্রে,
পূকখা লিনখা থাবিনু।
পছৌগী থৌনাসু উজরে,
পাখঙগী পূকচেলসু খঙজবে।
ব্রাবেপ ব্রাকন্নবনা
য়াব্রা তুংইন্নদুনা
য়াইবি মাঙগে তেমশীংলি।
পাখঙ-পছৌ অনীগী
মূক্লবগী মৈবক্তা
মোম্লুই থব্রায মৈচৈন্নে।

খোঙজোম্বা - করি, শাছ্ কৈদৌবা?

শাছ্লেম্বী - লিংজেল খাবা পছৌনা
লোঙনা থিনগে তেমশীংঙি।
ব্রাকন্নবা পাখঙনা
থবাক লোংনা মখাণ্ডঙি।

মীরা তাবী নিঙোন্না
মিপাইবনা তেম্বাঙজি।

খোঙজোম্বা - (য়াম্না চিংননা তারম য়েলম্নগা)
হায় - মোইরাং মচা তাব্রাহে!
ঙসি কোরৌ অসিদি
নঙগী য়াইবি কনবিরে।
কোরৌসিগী মতুংদা
ঐগী ইরান য়ায়সিদা
খোঙ্গুল তাররবদি
নপুক মতা ফবদা
লোঙলেনসীনা থিন্দুনা
য়াইবি চুপ্নি খঙভুহে।
চখোকখ্রো চৎলোহে।
তাঙজ নমায় পান্দ্রহে।

থোঙনাও - ঈরোম্নুংগী লেম্লৈদি
উনা উনা মশোঙ লৈ।
নমু তাইবং ওইবদি
মরা ঙাক্লা চৎপদা
য়াইবি মাঙগে তেমশীংঙি।
ঙাকউ —
ঙাঙথোকখ্রবা রা ঙাকউ।
থাঙগী ময়া অথৌবা
তাগী মচিন অতুম্বা
করিগী পঙকি কিগনি।

(চৎখি শাহু মরু লুকহৌই)

খোঙজোবা - অচচ্চা! মাগুম্বনসু!

(লোঙ লংগে তৌই)

শাহুলেম্বী - পহৌ!

(মখুৎ পায়দুনা খাম্মী।)

---

# অনীশুবা তাংকক

## ১নবা উৎপা

মফম - খাবি-লমজাও

মতম - অযুক্কী যুথক অহানবা

(শমুলেম্বা, মনাই নীপা শোইবোলনা তুং ইন্দুনা লাকই ।)

শামুলেম্বা - ইযুম কেগে মোইবাংনা
খুঞ্জাও লৈচাওগদবা
চাকহোঙ ঙাহোঙগদবা
লোইদাম কুইদ্রেহে ইবো ।

শোইবোল - কবম্মা ইবুংঙো ?
ননাই শোইবোলদা তুক শাথবিযুদনা ।

শমুলেম্বা - শোযদ্রবা ব্রানিহে শোইবোল ।
খোঙজোম্বগীনা মমোল্লোই
শমু ঐগীনা শজীক্লোই,
নূবা শাম্লুলেম্বীনা
ইবান যাযদা ঙাল্লদবু
লৈবাক নিংথৌ নুংঙাইত্রিব্রা !

শোইবোল - হো — হো !
হোত্রোং — হো
হে বৎপা ব্রাবু
ননাই শোইবোন্দা শৌ থাবিবি ।

(মখুৎ কন্দুনা)

থাজদে — থাজদে
সকথা — থাজদে ।

শমুলেম্বা - হায় মীনায় মচা,
নবৈ শিংজিৎ চাগেবা হায় ?

শোইবোল - নত্তে,
ননাই শোইবোন্না সৌজবদি
'সীনীমা –
শাম্বলেম্বী হায়বীসে
লীশাং থাবী ওইনা তৌই –
শমুনা পঙশমদা শমজীনবা
অদুগা-শাম্বুনা পঙশাংদা শাংদোকপা।
লেম্বনা তরামাঙদা লেন্নজনীংবা
লেম্বীনা লৎনদুনা লেম্না মরৈথোকপা,
শোইবোন্না শোয়রব্রা ইবুংঙো ?

শমুলেম্বা - লহাল মখৈনা
মপুম মরৈ ফাদবা।
হৌজিক্তা
মথোক কারকপগী
খাম্বা য়াদ্রবা লৈশাংনা
শিঙেঙল ফুগায়নরবা,
খঙলবরা মীনায় মচা ?

সোইবোল - ননাই শোইবোনবু
শৌ-শৌলাউবা তারগদ্রা ?

শমুলেম্বা - ননীং তমউ ইবো।

শোইবোল - নহাল নোংমা কোয়রুবদা
শমুলেম্বগী থাজ মানবা
তাংজা মায়থোঙবু
ঈচপমুক ঙাঙনা হোত্তোক্লকপদুদি ?

(শমুলেম্বা মমায লৈথোক্তুনা খাঙিঙ শোইবোন্না হোচ্চিন্দুনা)
হায়বিসি হায়বিসি।

শমুলেম্বা - মাদুদি ইবো,
নূবা ওইবী মহাক্কী
তনৌ তংগাংনরবী
খূৎনা হানবা হীদাক্কা
চীনবাল কাঙমৈ খুবদা
কোক্তা হাইগৎখিবনি ।

শোইবোল - থাজদে
সুকথা ফক থাজদে ।
চীনবাল কাঙমৈ খুবক্কগা
শূকথবকপা হৌনদেদা ।
ঙাঙগদবা চীনবান্না মুশিল,
ঙাঙলোইদৌবা চূবানা ঙাঙশং ।
নত্তে, কোবৌ অদুদা
কান্দা চাইকুঙ মযেং তাখি হাযবা!

শমুলেম্বা - ইযা —!
মীনাই মচা শোইবোল!
নঙ শোযবা তাবে ইবো ।

শোইবোল - ননাই শোইবোনবুদি
শোইদৎকে শোইদৎপিযু
অদুগা —
শৌগৎকে শৌগৎপিযু
মপা কনানা মেলৈ চিল্লগবনো?

শমুলেম্বা নঙ যেঙঙোই নঙ!

শোইবোল (কপ্লি কপ্লি তৌদুনা)
ইকাযনে —
মীনা থীনা হাযনৈনে ।

শমুলেম্বা - কবি হাযনবিবা
হা —?

শোইবোল - মমায় পান্দে,
আ — লুখমদা খিত্তং
তপ্ নম্লী হায়নৈনে।

শমুলেম্বা - শমুলেম্বা ঐহাকপু
মদু হায়বিনবদি
তাংজা মরূ হুন্দ্রিনা ইবো!

শোইবোল - অদু হায়রবদি —
হায়নবতা নত্তে
লৈপুং ৱারী ওইনরে,
পাখণ্ড ফান্দা ঙাওনরে।
অসিদসু নৎত্রি —

শমুলেম্বা - করি লৈরি ইবো?

শোইবোল - আ —
মশানা শুকয়া য়াদনা
লোইদাম থাবুম তরুক
পান্নবা থোকই হায়নৈ।

শমুলেম্বা - হায়বিবদো কনানো?
কোল্লোয় মমিং ফাল্লুহে।
খুৎকী তুংবুল পবৈ লাক
মপু ইবুংঙো
মোইবাং নিংথৌদা কৎকেহে তযুম।

শোইবোল - কোল্লোয় মিংবন্নদুনা
করিবু কান্নগনি ইবুংঙো,
মোইবাং হুপ্না ঙাওনবনি।
লহাল নোংমা কোয়রুবদা
তাথী শোইনাইবক্তুনা
ৱামাঙ লৈথেক হাপ্লকপ্রা ইবুংঙো?

শমুলেম্বা - ইহে — হে!

মদুগী ওইরে ইবো!
শমুলেম্বগী মফমদা
শাষ্ণনা ওইনজবদা
কেগে লৈপাক হূপ্না
তাথী শোইনাবিরবা?
হুঁ-হুঁ নোক্তুম নোক্নীংঙি।
হায, অপঙ!
ঐনা চামরক হায়খ্রে
নুপী হায়বী অসিদি
"তাত্তৌবদা তানোৎপা
তানীং-তামাঙ-ওন্নবা
হৌনশানি নিঙোনগী।"
মাসীদি নঙনা খঙদে
শোইবোনগী শোবোম্বা ৱাখন্না
মাসী লাম্বা ফংদে হা?

শোইবোল - হোয়দা হোয়দা,
মদোমদা মপুথোকসিদা
ৱাপু হৈবগা লোইবে।
কো — ইবুংঙো — কো।

শমুলেম্বা - কান্নদে শোইবোল,
নুংশি-নুংঙোনগী চৎন-লোন্দা
নঙনা কবি খঙপোৎ নত্তে।
যেংবদা কল্লু —
নঙনা চিংনবিবা পোৎশক্তো
হেক পুরক্লে হাযরগা
ইবান যাযদা গোক, লোইবেদনা।

সোইবোল - ইবুংঙোনিনা ফজহন্নীংদুনা
লেমহন্নীংদুনা হাযবনি
থোইনা ইকায়বিকু।
(ঈশিং পুল অমা পুদুনা লুৱাঙবী লাকই)

শমুলেম্বা - হায - হায,
লুৱাঙবী নত্তববা হাই ?
(লুৱাঙবী খুমদনা চৎলি - শমুলেম্বনা তান্নদুনা)
নত্তে, লুৱাঙবী নৎত্রনেহে ?

লুৱাঙবী - মীবু -
ইবাক লাকথু-নদুনা
কোল্লোয মিংপন্নববু
পাখঙ কযা চাউবনো
কবি ওইবি কেগেদা ?

শমুলেম্বী - ইযুম কেগে মোইবাংদা
হাইনা হুম্না পাল্লিবা
যাইফবেল খিবিক্কী যাইতোঙবা
ওকচীল্লাকপগী মপাবী
শমুলেম্বনি খঙদ্রনেহে ?

লুৱাঙবী - হো-হো, তবঙদা তাউবা
মালংদা মা-বা,
নুপীনা পামদবা মীপাওথোক
যৈনা কাংদ্রম মফোন থোক
পু-ন শংবায় নাতৎপা
কেগে নপ্পাকপা ওইবেসে।

(ফেৎ হাইদোক্কুনা চৎখি)

শোইবোল - ইমাইপেম্মা -
শিবে শিবে! (ফমদুনা লৈবাক খ্রো খ্রো খোৎলি)

শমুলেম্বা - হায শোইবোল!
কবি খোৎলি ইবো ?

শোইবোল - লৈক্রক থিবিবা!

শমুলেম্বা - কবিগী ?

শোইবোল - *চওজখ্রগে - শবি ওন্দুনা শোইবোল,*
আ - লৈনুংদা খুন্দাজখ্রগে!
ইমাইপেম্মা, ইমাইপেম্মা!
ইস, - (মমায় খুল্লগা ফমথে)

শমুলেম্বা - মাগুম্বনা অসী হায়রগা
শমুলেম্বনা ইকায়বিগদ্রা?

শোইবোল - শমুনা ইকায়দবদো
শোইবোননা ইকাইজরে।

শমুলেম্বা - ফরে ফরে ইবো।
পাম্বা কৈরেল 'থৌবনা
হুইয়েল তোকপা পোকপ্রা,
তবা-ফৌরেল পান্দোংদা
ফৌঙাং তুমায় শাৎপরা!
ওকচীল্লাকপগী মচানি,
চৎলোইদ্রদো হৌজিকমক!
মপায় নাক্তা চত্তুনা
কোরৌ থাজ-নগনি।
য়ারক্লে ফরে য়ারক্লে -
শাহুলেম্বীবু ফাদুনা
ইরান য়ায়দা পুরক্কে
ফমদৌ হুমফু-মবিমক
তরেৎ শেন্না মেনথোক্কে।
লাও, ইতুং ইল্লকউ লাও।
(চৎখি)

---

## ২শুবা উৎপা

**মফম**- খোঙজোম্বগী মরানয়ায

**মতম** - অযুক্কী অহানবা যুথক।

(লৌখাও ফুবিৎ অমা লিৎশিন্দুনা হৈক-পান্না পান্না খোঙজোম্বা লৈ।)

খোঙজোম্বা - শাছ্!

ইমোম নঙবু তাবরা ?

ইপাদি

কেগে লোক্তাক কুমদুনা

লেন্নে ঙাথিরুখিগে

ইপায় খূৎশূ লৌবেনগা

লেন্নে তুঙ্গোল অদুগা

ইপাদা তুক পুবকউ।

(শাছলেম্বীনা নৌগা তুঙ্গোলগা পুথোবক্তুনা মপাদা পী)

ইপানা পোইবৈ তামখ্রিঙৈ

কাওবেল শল-ঙাকলম্মুকো।

ইঙ্খোনগী মনা মশিংসে

মীৎকী কুম্মে ওইরক্লে।

(শাছলেম্বী চঙখি)

যুম্লোন কৈবোন্নবদা

খোঙদাবমগনুকো ইমোম।

(চৎকে তৌই শমুলেম্বা লাকই)

পাবী শমু নত্তববা ?

শমুলেম্বা - মানি পছৌ শকপা!

খোঙজোম্বা - তাংলৌ মতম নত্তনা

পাবী নঙনা লাকপব্

'পাদা কবি হায়নীংবা ?
'পানা অসুম য়েংবদা
চেংলৌ শকচানবদা
পাবী ইশৌ লাংনা উই,
কান্দা চাইকণ্ড ময়েং তাই
লাকচবিবা যাওব্রনে ?

শমুলেম্বা - পন্থৌ শকপা তাবিযু
ওকচীল্লাকপগী মপারী
শমুলেম্বা নচাবু
লাকচবিনবা মীদি
কেগেদা মরূহুনদ্রি
মোইবাংদা মমি তমদ্রি ।

(শোনতপ্পা)

অদুদা —

(শাম্বুলেম্বী লোন্না তাবী)

খোঙজোম্বা - হাযযু !
লীশাংশিংনা তমথজৌ
হঙ্গোইকনু ইপাবু ।

শমুলেম্বা ঐবু নুংশিবিদুনা
পন্থৌ শকপা ইপানা
শবী পন্দোম লোম্বিখি
পাওমেন পবৈ চেৎপিখি ।

খোঙজোম্বা ঙসি কাওবা ইপাদি
অদুগী'দু মঙাযনা !
এগা খিবিক লৈজনা
কংব্রবনি নঙোন্দা ।

শমুলেম্বা অদু ওইবিববদি
শবি মপূং ফানবা
পাওমেন মহে খানবিবো ।

নপারী শকপা ঐহাকসু
মনুং মতম ওইজরে
নমোম ওইবী মহাকসু
মপূম মরৈ ফারক্লে।
ইখূৎ চনশিঞ্জরগে।

খোঙজোম্বা - (ফাক ফাক নোক্তুনা)
মরমদুগী ওইরেকো
পারী শকপা নহাক্লা
তাংজ মায়থোঙ খেগুম লাং
কান্দা চায়রুঙ ময়েং তা
মালেম লৈখা য়েংবদে?
'পানা হায়বা তারোদো
কোরৌসিগা থাজন্না
লোইদাম থাবুম ফাবদা
লাংলেন শাম্বলেম্বীবু
অওঙ অউন তমদুনা
কৎলগনি নঙোন্দা।

(শমুলেম্বা হাযফেৎ নোকচৈ)

শমুলেম্বা - অদু ওইর'দি পম্বৌ
ননাই ঐহাক হঞ্জখ্রগে?

খোঙজোম্বা - চৎলো চৎলো,
মীগী পুকথিনখোল তাফদে।
লেপকদবা ঐনা লেপ্লি।

(শমু নোকফেৎ নোকফেৎ তৌদুনা চৎখি)

ইমোম লাংলেন চরৈহল,
ইপা চৎলে ইবেম্মা।
নযুম মোংবা মরানয়ায় ফৃগোই ব্রাঙ্গোইরম্মুকো।

(নৌনা তুঙ্গোলগা পুদুনা চৎখি শাম্বু থোরক্তুনা মপানা চৎখিবা মায়কৈদা যেংলগা মমীৎ তরং হৌদুনা মপী শিম্বুরকই)

শাছুলেম্বী - (মপি তানা তানা)
কৈদৌরুনি –
অপাম কাদসু য়ৌদ
নুংশি নাক্তসু থুংদ
লাইবক থিবী ঐহাক্লা
নমু তাইবং ওইদুনা
তাইবং পান্দা পানবগী
করি কান্নখিগনি।
পম্বৌ নঙসু ফৎমন্দে
তিল্লাং খাগী নমোম্বু
য়ৌনা নুংশিবিমন্দে।
শরী পন্দোম্লোমদুনা
শাবী মাগী মফমদা
য়াযবী কৎথোকখিবনা
হন্দকমুক্কী লাংঙোন্দি
নয়াথংবু ইল্লরোই।
ব্রারৌনুকো অপোকপা।
শাবী ইবুংঙো নুংশিবা!
থাংলেন মাঙ্গা পাম্মুবা
লমদম তাম্মা লৈবনা
নুজায় ’ব্রাবা উদ্রবোই!

## ঈশৈ

নূবায থম্মোয় নুংসিদা
শাবী মিরেল তাবনা
নুংশি লাইজা ঈহৌরে,
লকা থুম্মা ঈব্রাযরে।
পায়মা-নুংসু পাথোক্লে,
মীৎলু নাপোম নমখায়রে
তরং লাইজা তত্তবে;

তাইবং তাযোন্নরক্নে।
লমজাউ খোন্না চাক্লিবা
লমযান কনবা লম্মেসে
ইচীক হুনবী অহিংনা
মুৎপিখিনি লিক্লানা।
নুংশি কাযনা মৈচাক্তি
ইচীক হুনবী অহিংনা
থেঙজিল থেজিল্লক্লগা
থেংনা থেংনা চাকখৎলি।
(ইশৈ শক্লা শক্লা জগোয শানা শানা লুৱাঙবী লাকই।)

## ইশৈ

হা ইবুংঙো!
ঙাক্তা নুংশিৎ নহাক্লা
লিবি খোঙদোই-হুনবদি
খাইনা মৈচাক হেলহল্লি।
লোইবি হেনবা খোইমুনা
ফুইনা ফুইনা ঙংবদি
লৈবাং লৈকা ফলহল্লি।
ফিগে স্না নোংথাঙনা
নোংলেল নোংখোঙ হাংবদি
নোংগৌ চেক্লা যাকাযদো।
অচীকপদা নূবানা
ৱাখন্না মাযহিং কাবদি
নুংশাবু শানা মম্মীদো।

লুৱাঙবী - কনাই কাকা
শক্নে হাযনা শক্তোকপনি।
কোরৌ হেক চূপ্পগী
অচীকপদা চীকপক্লা

পেহৌ পেহৌ হেক ফমদা
"শাবী ইবুংঙো!
আ - থংলেন মাঞ্জা
হা খোইমু, হা লৈবাং;
হে মালংবা, হো নামিবা"
'সিদা শোন্দুনা মবৈবা
কযামুক মযাই কনখ্রবা।
শাবী 'বুংঙো ওইব'নো!

শাম্ভুলেম্বী - খোযনৌ ইতা নহাক্তি
নিন্না চীক্রিবনিনা
তাংজ মহু খঙদেদো
চীক্লবী ঐদি .......।

লুৱাঙবী (মমীৎ পৈথোক্লুনা) চীক্লবী ঐদি চিংথেক্লে,
আ - চাকথেক্লে, অসি নৎত্রদো!
খঙজদেযে ইবেম্মা।

(যেংশিল্লকপদা শাম্ভুলেম্বীনা কপ্পা উদুনা)

হৈমা! মাদি কপ্লিনে। (চঙশিন্দুনা)
লেংমান্নবী ইখোযনৌ,
চান্নববী ইতাবোই!
মাযথোঙ থম্বাল অপানবী
থাজ মানবী চেংলৌদো,
লীক্লা লাংবী লৈবাংগুম
পিনা মাযথোঙ চেনববু
নূবা কৈদৌববগে?
কবি মৈশা লাংবগে?
নশাবী নমান-মচাগী
পাউখোল্লোইবু ওন্দুনা
মাগী পাওমেন পুদনা
পাউদমজবা লাকপনে!

শাহুলেম্বী - অওইবরনে ইতা ?
শাবী মাবু উনব্রা ?

লুরাঙবী - (হৌগত্তুনা)
হো - হো -
লোইরেদনা অসীদে ।
চাকথেমনখিদুনবু
চনাং ইল্লবোরেকো ।

শাহুলেম্বী - তম্বিয়ু ইতারোই,
পাম্মু মাগী মপাউখোল;
নুংশি চীংগোয় পাওমেনখোল
ঈঙাই থকপী চেক্লাগুম
ঙইজরিবী নতানি ।

লুরাঙবী - পাওমেন অসী তম্লগা
নূরায় থম্মোয় ইঙলোয়দা
ঈশৌ খাম্বী লাংদুনা
পায়মা নিংদোন চোংগনি ।

শাহুলেম্বী - নুংশি মপাউ তাবদা
নিংদোন চোংদ' য়াওবরা ?
খোয়জঙনবা ওইর'সু
খোয়শাউনবা ওইর'সু
নিংদোল হেক্তা মচোংবা
নুংশি মাগী মপাউনি ।

লুরাঙবী - ইতারোইগী নশাবী
পাম্মু থংলেন মাঙদো
কেগে চানূরা 'মগা
হৈরাঙ হৈচা-নদুনা
নৈরাং নৈচিন্নখরে ।
মরান-য়ায়দা পুদুনা
ফুগোই বাঙ্গোই পান্নখ্রে ।

শাছ্লেম্বী - 'দুওইর'দি ইতারোই!
লেপ্পখিবা ৱাবেপকা
শোন্নখিবা শবীগা
থম্মোয় নুংদা চেৎনা-কোল
মপোক লাঙেঙাল 'সিমগী
যাযবি খোল্লেন তানখ্রগে।

লুৱাঙবী - (য়াম্না ৱাশিন্নদুনা)
হোযনে,
ৱাযদকো ইতারোই!
'সূক চাক্লা লৈদৌ' শরুক
মাদুনবু ফবেদা।

শাছ্লেম্বী - পাখঙ ওইবৈ মপুকচেল,
ওল্লোক্লসু যাংইদা!
অসুম ওইনি খঙল'দি
অঙাং নৌৱা ওইবিঙে
পলেম ফৈবা থক্তুদা
খোল্লাং মাযযোক্লবিঙে
তিল্লাং হাজা-নদুনা
যাইবি মাঙলম্বনদুম
ফবমগনি ইতাবোই।

লুৱাঙবী - হোযনে ইতাবোই!
কমদৌসিনো খঙদ্রেদা!

শাছ্লেম্বী - লৈহৌবোকো ইতাবোই!
লাইবক চাওবী নতাদি
নিঙেঙালগী হৈজ্রাং খুত্তা-পায
থনূং নোংদম ফিবাক খায
অমং থবৈ চন্দুনা
খম্নুং শৱা তানখ্রগে।
পেনবিহৌবো অপোকপা,

তরেৎ ইমল লৌদুনা
নমোম ঐবু য়োম্বোকপা।
শাবী মাঙ্গা নহাকসু
মীৎস্না থিৎনা য়েংহৌরো।
শানৌ ননেম মচাগা
তাইবং মালং পানসিদা
পান্ন-শা-ন পালহৌরো।
(ইমুংলোমদা চেনশিল্লি লুৱাঙবীনা খাম্মী)

লুৱাঙবী - ঙাইখোনে ইতারোই,
নতৌ য়েংগে তৌবনি!

শান্থলেম্বী - খামবিরনু ইতারোই,
মালেম তুংজা-নখ্রগে।
হৌজবগী কান্নদ্রবী
শাচ্চবগী লেমজদ্রবী
শিঙেঙল শীংদা অরেম্বী
লৈরাং অতিঙানিনে (ইতাবোই)।

লুৱাঙবী - হাখিগনুদা চান্নরোই।
নশানৌ নমান মচাসু
নূরা নঙগী নশুংলাং
য়াইবি মাঙগে তেমশীংলি।

শান্থলেম্বী - মানা লেপ্পিরবসু
পীগদবা পন্থৌনা
লোইদাম থাবুম ফাবদা
পামজদবা শমুদা
থাজদুনা থিন্দৌরে।

লুৱাঙবী - ৱারুখিনুদা ইতারোই!
খোয়ুমগী নোংদম লাকখিনি।
নশাবী থংলেন মাঙ্গগী
অচেৎপা পাওমেন তাখোনে।

শাম্ভুলেম্বী - হাযনীংবদি পন্দোম্লোম,
যাদ মতাঙ থোকখিদো ।
ঈবোন্নুংদা লেম্লৈনা
যাব্রা ঙাঙ্গে তৌবদা
লাইজ মানা পনবগুম
পৃক্লীং ইকাই ইকিনা
খৌবী চবম ফুন্দুনা
লৈযেং খৎপা থোকখিদে ।
খোযশাউনবা পম্বৌগী
যাব্রা মৈশা লাংখ্রবা
শাবী ম'ঞ্জা মহাকপু
লৈবিবগে কমদৌনা ?

লুব্রাঙবী - নশুংলাংগীদমক্তা
তবা চীন্দমখিদবে
লাইজ থকযোৎনখিদ্রে ।
নিঙোল নঙগী থোঙ্গান্দা
হাম্বুল শম্লাং চোইজাইনা
'ঙৌবা লোংনা তাদুনা
যাইবি মাঙগে থৌবাংলে ।

শাম্ভুলেম্বী - মাঙলে মাঙলে ইতাবোই
মাবু থেমজিনবিখোকো
খোযুম নোংদম য়েংখিসি
ব্রানা চাক্লা লৈদুনা
খাঙখিসনু শাবীসু
খাঙজখিগে শানৌসু ।
ঐগী ব্রাবা ইপাউখোল
শাবী মাদা তম্বিক -
''শানৌ ননেম মচাদি
পম্বৌ পোনগী পোন্নুংদা

খোঙদা য়োংহ্লিং থাংবনা
পাইথোক্লকসি পাইঙমদা
যাইবী মাঙসি মাঙঙমদা
শিবা মচেৎ খাকহৌবে" (কপ্পা)

লুৱাঙবী - কপ্পগনু ইতাবোই।
ঙসি নোংলেন নোংজাদা
ঐগী ইবান য়াযদুদা
মা শোযদনা লাক্কনি।
ইতায়'ৱাবা নপাউখোল,
পাওমেন পাউদম্মজগে।
(খোঙজোম্বা লাকই)

খোঙজোম্বা - কনানোহে। (মুন্না যেংবা)
আ - ইমোম লুৱাঙলোই।

লুৱাঙবী - পল্লৌ।

খোঙজোম্বা - ইমোম নহাক লাক্লব্লি ?

লুৱাঙবী - অপোকপা।

(নৌ তুঙ্গোন্নচিংবা থম্মী শাহ্নলেম্বীনা ইমুংদা পুশিনখি।)

খোঙজোম্বা - নখোয়গী লৌবাঙদি কমদৌবি ?

লুৱাঙবী খোইঙাং শাবক্লে অপোকপা।

খোঙজোম্বা - কুমসি কুমজা অসিদি
পোম্বী চেক্লা কনখ্রেদা।
ইপাগীসু অদুনি
থাঙ্গোল থাবা যাবকলে।
পোইবৈ কদোম থোক্লবা,
ৱাযদা মীবোল লৈতবা।
লৌনা কনশিল্লকপনে
ঙানা ফাজিল্লকপনে।
লম্লেন লোক্তাক কূমদুনা

ঙা-থিবসু তোক্লীংদ্রি
তৌদৌসে লুখ্রেদা। (খঞ্জা-নরগা)
লাংলেন নঙবু তাব্রহে?
(শাছলেম্বী থোবকপা)

হয়েংদগী হৌননে
নোংজা মরি মঙানি
খারৈ লৌবুক কুমদুনা
পোম্বী চেক্লা ঙাক্লুচো
'পানা লেমলৈ ঙাথিগে।

লুব্রাঙবী - ঙাকমিন্নসি ইতা
ঐসু ঙাক্তৌরিবনি।

খোঙজোম্বা - আ - ফরেদা!
ঙাকমিন্নৌদনা নতাগা।

লুব্রাঙবী - ঙাকমিন্নজগে পৱৌ। (শাছলেম্বীদা)
ইতা, ঐহাক হল্লগে।

খোঙজোম্বা - চৎলো চৎলো,
নতা থিন্দোকপিরুরো।
খাম্বী মৈদি হৌরব্রা?

শাছলেম্বী - হৌগৎহৌরে অপে কপা
(খোঙজোম্বা ইমুংদা চঙখি)
ইতা, ঐহাক থিঞ্জগে।

(অনীমক খবা চৎথোক্লক্লে শাছলেম্বীনা ইমুংলোমদা হন্না য়েংলুবগা শোম্বাংননা)

শাছলেম্বী - হয়েং লৌবুক্তা লাক্লবা
চীংগোয় পাওমেনবিখোকো।

লুব্রাঙবী - (কল্লপ্না) হা - কমদৌবা?

শাছলেম্বী - তুমীন লৈনবা ঈহূল পীরগা
(কোইক কোইরু যেংদুনা লোন্না)
ইতাখোয়দা হোরে. ন্ন

লাক্লি হায়বা মহাক্তো-

লুব্রাঙবী - (মঙক নোমদুনা) উম!

শাম্বুলেম্বী - হয়েং খাবৈ লৌবুক্তা
থাবিরকউ হায়বনে।

লুব্রাঙবী - হোয়দা ইবেম-শা,
ঐদি খঙবু খঙলমদে।
নুংশি নুঙঙোল হায়'সিদি
অসুম হৌনবোইরেকো।

শাম্বুলেম্বী - হোয়নে হোয়নে, হৌনৈনে,
খবা খরা তমহৌনে।

লুব্রাঙবী - হোয়নে, তম্বা তারিয়ে!

(অনীমক নোকমিন্নে। নোক্ল নোক্ল লুব্রাঙবী শুগৎ-লম্লগা মমায ওন্দুনা চৎখি শাম্বুলেম্বী লেপ্তুনা যেংহৌই।)

---

## তম্ভবা উৎপা

**মফম - খারি লমজাও**

**মতম - অয়ুক্পী অনীশুবা য়ুথক**

(মাযকৈ অমমমদগী শমুলেম্বগা শোইবোনগা লাকই)

শোইবোন - কমদৌরনো ইবুংঙো ?

শমুলেম্বা - শিবনা হেন্না ফরেহে।
তাইবং মীরম্লেন অসিদা
ঐনা হিংবগী কান্নদ্রে।
কৈদৌননি -
শাম্বুলেম্বীগীদমক্তা
শমুলেম্বগী ঝাখন্না
কোরৌ নোংদোল পক্লম্বা
মালেম্মুক লম্না পুরম্বা
শিঙেঙল অরেম্বা তারেদো,
লৈরাং অতিঙা ওইরেহে!

শোইবোল - করম্না ইবুংঙো করম্না ?

শমুলেম্বা - শীদোক্লেনেহে ইবো,
শমুলেম্বগী ঝাপু
"তাক্তৌবদা তানোৎপা
তানীং-তামাঙ ওন্নবা
হৌনশানি নিঙোনগী"
অসি গুম্বা পাউরৌসে
শেংবোৎ মাইরেল শীবগুম
শৎ-নান্না শীন্দোক্লে।

শোইবোল আ -
শগাই পাবল থক্তগী
চাইবেল চফু ওন্থবকপগুম
পূমকায কায
পূমতোই তোই
কো-কো-কোক
পাল্লুকোক তাববকো !
এঃ ! কবম্মো অদুদে ! (যাম্না ৱানা লুকথখি)

শমুলেম্বা - লেম্না তোক্লোয ইবো ।
হৈবাঙ হৈজীংমল
তবেৎকী মমল
ফোযদুনা লৌগনি ।
ইবুধৌ থাংজিংনা খঙস্নু
কেগে লৈমবোল তবেৎ
মোইবাং লৈমবোল মাপন্দগী
মাগী মথক থোংলবী
মঙাখক্তুম হোঙদোক্কে ।

শোইবোল (শোন্থাংননা)
অদুবু শাহুলেম্বী !
ফজবনিদা ! (মচীন চুপ্পী)

শমুলেম্বী - কল্লকইদা !

শোইবোল - পাম্মুইদা !

শমুলেম্বা - (শাউনা) কেদৌননি -
মাগী ফজবা শক্তম ! -
অদুগুম্বা শক্তম্মা
শকচানবা খক যাববোই
শমুলেম্বগী থম্মোয
শাহুলেম্বীগী ওইনা ।
মীহিংচাগী শক্তম্মবু
কবি কান্নগদগে !

শোইবোল - অদুদি -

*শৌ-শৌ-লাউবা শোইবোন্না*

*শৌগৎ-শৌগৎ শেন্নকপা*

শমু শাঙ্গু শীঙ্গীনবা,

শীল্লে শীল্লে

শোইজিল মুক শীল্লে!

কো ইবুংঙো কো।

শমুলেম্বা - অচ্চা, মীনায় মচা!

করেম্নব্রাহে?

শোইবোল - ইমাই পেম্মা শোয়দোকখ্রে।

য়োল্লবদা য়োমশিনবিয়ু য়োইমরেল,

লাল্লবদা নাঙ্গুবিয়ু নাই-পুরেল।

মরমদদি তাকপিয়ু।

শমুলেম্বা - মরম হায়ববু ইবো

মপা খাগোকপদুসু

মমোম খাগোকপীদুসু

লৈহৌদ্রেনে মরান য়ায়দা।

শোইবোল - মদুদি -

শমুলেম্বা - মপানা লোক্তাক্তা

মমোম্মা লৌবুক্তা!

শোইবোল - শোয়রোই ইবুংঙো শোয়রোই।

খাগোকপদুদি -

আ-খুনখাদা ননাইগা থেংনৈ।

মখা মরেঙ ফৈরেং তুবেং চিংম্নখৈ

'শোইবোনবা' হায়না কৌরম্মী।

শমুলেম্বা - চুমদে -

মোইরাং খোঙজোম্বগী

লীচৎ খোয়দাদে

লোনচৎ য়েংনীংদে।

হৈবাঙ হৈজীং চাদুনা

থাজখ্রবী মমোম্বু
মোংবা মরান য়ায়দগী
চখোকহনবা চূমদে।

শোইবোল - হোইনে ইবুংঙো,
মোহ্রুবী শান্থনা
মোংগল্লবা মহাকপু
মাথোক্লম্মি থাজদে।
চুম্মী ইবুংঙোনা খোয়দৌশীকপা
অদু নোংদগী না-তাদো শোয়রোইকো

শমুলেম্বা - উম্ -!
কোরৌ নোংজা অদুদা
লৌবুক্তগী লাকপদা
নাপ্প নাপ্প চীক্লনা
নুংশি পরাই তৌরকপা
ঙসি ফাওবা কাউহিক্ত্রি
ওমচাক্লরি থম্মোয়দা।
ঙসিতগা ওইরকস্নু
শাবী শানৌ অনীগী
হাম্বুল শল্লাং পায়দুনা
মালেম থক্তা চিংথগে।
খোঙপাকসীনা কাওদুনা
মায়দা তিল্লাং শীচ্চিনগে,
ঐগী ইতীক খঙগনি।
শোইবোল,
'সীব্রাইদা 'সুম শেল্লম্মু।
পোইরৈদুদা চত্তুনা
লমহাই তানবী মহাক্কী
মতিক খঙদোক্লখিগে। (শাউনা চৎখিবা)
(শোইবোল মবাযবক্তা খুদুম্মা কন্না শুবগা)

শোইবোল - *হা শোইবোল, হা শোইবোল!*

*শোরেল শেনবা, হা শোইবোঙ্গ!*

শূরে শোইবোল,

শোয়রে শোইবোল,

শমু শোরেল শেনবদা

শন্ধ শয়াঙকুম

শোইরোম্মেদকো, হা শোইবোনবা।

(শুং শুং কপ্পুনা শোইবোন শানখি)

---

## ৪শুবা উৎপা

**মফম** - হাওরৌ তময়া খারৈ লৌবুক

**মতম** - অয়ুক্কী অনীশুবা য়ুথক।

(লৌঙাক শগাই মথক্তা লেপ্তুনা মায়কৈ শীন্না কোইয়েঙ য়েঙঙগা থোঙনাও লাকপা উদ্রবদা শাহুলেম্বীনা তেংথারকই)

### *তেংথারোল*

কোরৌ শংলেল্লাং
নোংলেন নোংখোঙশেং
নোংদোল তবং হৌরক্লে।
কোবৌ কোইবা কোইরেল-লাই
কোরৌ হনবা কারক্লে।
ইনুং চূপ্পা য়াহিপ্পী
কোরৌ চূপ্পা চাক্তাবী
পোম্বী চেক্লা খিবিকসু
ফৈরাথক্তা তোংদুনা
পোম্বী চীনদিন্নবক্লে,
চেক্লা চীল্লোকনরক্লে।
হানৌ শংলেন লৌবুক্তা
হাজং চাবা শল্লুপ্পা
খাবূম থন্না হানৌ উম
কাওরেন লেক্লরক্লেনা।
লৌবুক লৌরী য়াঙবীথক
লৌঙাক শগাই পাবনথক
মোম্মুই খূনীং মোইদোল কাঙ

খুবাক লাইখল তাদুনা
নুংশি চেংলৌ য়েংবদি
অপাম শক্তম উদ্রেনা।
চেক্লা নাইতোম তাবীনা
পোম্বী কণ্ডাওনবগুম
নুংশি শেৎনা মৈচাক্লা
মোম্লু কণ্ডাওনবেনা

(কোযেং য়েংজে)

পোইরৈ অসোমদনিদো
শাবী মানা লাকপদো!
ঐনা মাবু থিগনি,
মাঙ্গা খোঙ্গুল লিগনি।

(শগাইদগী কুমথদুনা)

শাবী ইনেমচা,
থংলেন মাঙ্গা!

(অঙাওবীগুম কোযচৎ-চৎ কোইচেল চেল্লে। ঙাইহাক লৈবগা মৈদিগোল খোঙনাও লাকপা উদুনা হবাও যাকাতল্লা মোমোন নোকচবল্লগা লৌবক্তা চেনশিন্দুনা লোৎখ্রে)

(খোঙ্নাও অঙাওবগুম্না লাকই মাইকে শীন্না যেংলকই।)

খোঙনাও - শাছু, শাছুলেম্বী!
কদায ঐগী শাছুদি!
পোইবৈ কৈদা ঙানখবে
লল্লেন কৈদা শাৎখবে।
মাসিনিসে, লৌবুক্কী
যাঙবীথক্তা শাবিবা
শগাই পাবল থকসিদা
মাগা ঐগা নুংশিনা
চেংলৌ শকচানদুনা
হৈবাং হৈজা-নখিবা
লৈবাং লৈচিন্নখিবা

শগাই পাবল থকসীনি।
কদায় -
ঐহাক্কী শাহুদি কদায়!
থোঙনাওগী মীৎমাঙদা ঙানখিবা
থম্মোয়দা মিরেনবু তারবী
ঐহাক্কী শাহুদি কদায়নো?

(ঊনীংবা মীৎয়েংনা কোয়না য়েংলগা)

শাৎলমদ্রে,
ঙসিদি শাৎলমদ্রে শাহুদো
শোমজনা শাচ্চবী শিঙেঙন্দো
পছৌগী ইশৌগী শৌরক্তা!
শামখরে -
মশাবী শাগন্দা শাইদাংবী
শানৌগী শাইনোন্দা শামখরে
শাবীগী শাইদবু শাইদাংদ্রে!
শাহু, - শাহুলেম্বী!

(শাহুবু তুংওইনদুনা খোঙথাঙ অমা অনী থাংদোরক্লে)

শাহুলেম্বী - (লৌরক্তা লোৎনা লোৎনা)
শাবী মাঞ্জা,
থংলেন মাঞ্জা পাম্মুবা।

(থোঙনাও ইঙক-ঙক্লা কোয়না কোয়য়েং য়েংঙুরগা উরদুনা হরাও হরাওনা)

থোঙ নাও - পাম্মুবী। (হোৎচিনখি)

শাহুলেম্বী - (থোরক্তুনা) নুংশিবা।

(অনীমক চীল্লোক্লে খুৎকা খুৎকা পাল্লোয়নৈ। থোঙনাওনা শাহুবু নাল্ল নাল্লদুনা)

থোঙ নাও - শানৌ ইনেমচা?

শাহুলেম্বী - শাবী ইমান মচা?

(শাহুগী মকোক্লা মশাবীগী থবাক তম্না ঙাথজে। শমুলেম্বা য়ৌরক্লে লোন্না য়েংদুনা লৈখ্রে।)

থোঙ নাও - নূরা ওইবী নহাক্কা

পাখঙ্ ওইবা ঐহাক্কা
নীংনরিবা অসিবু
তাইবংলা, মালংলা ?
খাঙভুথক্কী লৈরাংনা
মণ্ডলান্দবু শাৎপরা ?

শান্থলেম্বী - নত্তে নত্তে,
খাঙভুথক্কী নত্তেনে,
য়োমখরবা খয়োম্নি
পুনখরবা লৈপুন্নি।

থোঙনাও - লাল্লে লাল্লে -
নূরায় ৱাখল লান্নরে। (থাদোক্লদুনা)
শানৌ পোকপা পম্বৌগী
ময়াথংবু ঙাকপনা
খাঙভুথক্কী ওইরোইনে !
তাইবং লৈকোল মপূংয়ায়
লৈরাং তোমথিন শাৎকনি
নরোয় ননাও তাগনি।

শান্থলেম্বী - থংলেন নঙদি কাউরবোই,
পলেম ঙমসি শরিশোন
পম্বৌ ঙমসি তেমশীংবা।
নীপায় পূকচেল ওইবনা
শরী ৱাংমা লানবরা ?

থোঙনাও - শোনখরবা শরীবু
ৱাংমা লানবা য়াবরা ?
অদু য়ৌনা নিঙোন্না
নীংবি-নুংশিবির'দি
ইমাঙ থানা লেংবিরো,
ইরান য়ায়দা ঙানবিরো !

নকা ফন্না, ননীং তম্না
লৈরাং লৈশাৎ তমজরো !
কেগে হূপ্না লাকসনু
নূবা নশুং লাংগীনি
’কনবা হূইয়েন লানফমদা
ঐগী য়াইবি মঙামক
নোক্লা নোক্লা থাদোক্কে ।
চংসি লাকও ইবেম্মা ।

(মখুৎ পায়দুনা চিঙভি - শমুলেম্বা চরৈ শেম্মী - শাহু খাভিও)

শাহুলেম্বী - ঙাইবিখোনে পাম্মুবা !
ননাও লাইবক চাওবীগী
চীংগোয় পাওমেন তাবিখো ।

থোঙনাও - নিঙোল ওইবী ইবেম্মা,
ঈবোন্নুংগী লেম্লেদি
উনা উনা মশোঙ লৈ ।
নিঙোল ওইবী নহাক্না
নশোঙ লৈবা থোক্ল’দি
পাখঙ হাৎপৈ নবান্না
নূবা পাবোৎ লোনগনি ।

শাহুলেম্বী - হন্দক্কী লাঙঙোল মপোক্তি
পাম্মুবা নঙগী খুয়াদা
ননাওগী য়াইবী কচ্চব্রে ।
পাখঙগী পোইবৈ তুংইন্না
নূরাগী পোমাই ওল্লনি ।

থোঙনাও - অদুবু ইবেম্মা -

শাহুলেম্বী - পাম্মুবা,
মিৎয়েং অদুক তাবিম্মু
ইমাঙদগী লৌযামসে ।

পাঙ্গল থেক্লা পষ্টৌনা
হক্কী হুমাং ঈবায়না
নোংজু-নুংশা মরক্তা
উরক্লুবা লৌয়াম্নি।
মাসি লোকপা 'সিদদি
ঐসু য়াওজরমখিগে।

খোণ্ড নাও - খোণ্ডদা খুদা চেৎলিঙৈ
নূরা বাখল তৌবিহৌ।

শাম্বুলেম্বী - কোরৌ শীংবুম কুম্নিগা
মাপন্নিগী মনূংদা
ঐগী মতম লৈজরি
খুদোং য়েংনা ককচগে।
কোরৌ 'সিসু হয়েংগী
লৌবুক-য়াঙবী-শাবল-থক
নুংশি বাচা-নদুনা
বারেপ বাতেম্মখিসি!

(শমুলেম্বা মণ্ডক নোম্মী)

খোণ্ড নাও - ঙসিদৌনা হয়েংসু?

শাম্বুলেম্বী - হয়েংদবু নৎহিক্তি
কোরৌ শীংবুম মণ্ডানি
পোম্বী চেক্লা ঙাকখিনি।

খোণ্ডনাও - অদু ওইবিরবদি
শীল্লাংলিবী নূরানা
শিম্বাবিরো ঙসিগী।

শাম্বুলেম্বী - ঙসিনোংগী শিম্বাদি
লোইবি-চীংগী চীংখোণ্ডদা
পামেল উগী উখাদা
তাউজিং হৈচা-নখিসি,

লৈবাং লৈচিন্নখিসি।
পোম্বী মাগুম চীল্লোক্লা
চেংলৌ শক-লোক্লখিসি।
খূজেং পাল্লোইনবিবো
নুংশি হৈনা ইঞ্জগে।

(থোঙনাওনা শাম্বুবু খূজেং পালোইনদুনা লোইবি চীংখোঙলোমদা চৎখি শমুলেম্বনা মখা চীক্লুনা খানা যেঙদুনা লৈহৌই।)

---

## ংশুবা উৎপা

**মফম** - খোঙজোম্বগী মরানয়ায় (ইমুং)

**মতম** - য়াচংবা

(ফম্মেল কাদা ফমুং অমা থায়। থোঙ হাংদুনা খোঙজোম্বা চঙলকই নৌ তুংগোন্নচিংবা খন্নগা ঙাঙনা ঙাঙনা উচাল মৈরা চমখৎলি)

খোঙজোম্বা - হৌজিক ফাওবা হল্লক্ত্রি (নেসে)!
ঐগী ইমোম অমতং
শাচ্চরিবী অসিদি
মরৈ মরা চাউরেদা!
মমা-নদি নাউকোন্দা -
কেনা মৌনা য়োকপনা
খরা নাউথী শাখরে!
মপা ঐবু কিখিদ্রে।

(ফুনাক্তা ফমথখি শমুলেম্বা চঙলকই)

শমুলেম্বা - পছৌ শকপা,
চীক্লা ফমদেং লাংদুনা
ব্রাখল মরা তাবিরি?

খোঙজোম্বা - পারি শমু নত্তব্রা?
মতম চারেদা শরিশো!
ইমোম লাংলেন শাছলেম্বী
খারৈ লৌ-কুমখিবনি,
চৎলু খরা ওক্লুচো।

শমুলেম্বা - ওকচরে পছৌ ওকচরে!

খোঙজোম্বা - হা! ওক্লুরে হায়বা!

নুংঙাইরেদা ইপা !
কদায় ইমোমদি কদায় ?

শমুলেম্বা - ওকচরেনে পম্বৌ !
মমীৎ য়াম্বী নমোমগী
তাইহেন্দ্রবা মপাউদো
অমুক পনবিরগনু ।
শন্নাং চুজাক শারবা
য়ান্নী য়াখোঙ লংলবা
পম্বৌ শকপা নহাকসু
হৈমাঙ শাব্রা মনানা ?

খোঙজোম্বা - করি ! শমু কমদৌবা !

শমুলেম্বা - কোরৌ নোংদোল মথক্তা
কোয়না কোয়পায় পায়রিবা
লৈচিন নোংফাইত-নবু
ম্বাংলেন পুংজা কক্তনা
মচু চুরেল হোংবনি ।
ঈপাল থাগী লাইজনা
ঈচেল য়াম্না থোকপনি ।
তাংজ লিনগী মরৈনা
লৈয়েং অনী ফাংবনি ।
তাইবং মীগী পৃকচেন্না
পুংজা খুদিং হোংলগা,
ঈরোঙগুম্না লোঙল'দি
মীগী মীবা মখা থা
লন্নাই চোম্না লঙদুনা
শিল্লম নম্বো পোবনি,
অসি খঙদ শাবরা ?

খোঙজোম্বা - করি শিন শোয়রদুনা
পারী শমু নহাক্না
তাথী-শোইনাইনদুনা

অহল ওইবা ঐহাকপু
পায়মা লিনখা থারিবা ?

শমুলেম্বা - নমোম অমত্তং পোক্লগা
মীকোক অনীদা থাজবা
মীগী শাজৎলা অসীবো ?
মীনা শিবনা মচীন্দা
শানা শিবনা খোঙ্গুলদা
পন্থৌ মসিদি খঙদব্রা ?

খোঙজোম্বা - করি শমুলেম্বা !
পৃক্লীং অনী লোঙদ্রবা
ব্রাখল অনী ফাংদ্রবা
খোঙজোম্বনা ইপূক-হোং
নঙ নত্তনা কনাদা
ইমোম মাবু থাজদন্না
অদুক থীনা চৈরিবা (নোহে ইপা) !

শমুলেম্বা - কান্নরোইদা পন্থৌ,
লংলা লংজিল কাঙল'দি
তাংজা ফিরুক খুম্নিদা।

খোঙজোম্বা - কাঙভু,
ঐহাক কৈদৌরদুনা
ইমোম্না করি ওইরবা ?

শমুলেম্বা - নমোম্না,
পাখঙ 'মগা লোয়ননা
ব্রারেপ ব্রাচান্নদুনা
শরী নমুংনখিবা,
চৈরাক ব্রাৎপা পন্থৌনা
মনীং-তম্বী নমোম্বু
কাওরেল থা'গুম থাবনা
থোকহিক্লিবা নৎত্রদো !

খোঙজোম্বা - করি, শমু, কৈদৌবা !
ইমোম শাছ্লেম্বীনা
কেগে পাখঙ অমগা
ব্বারেপ ব্বাচান্নখ্রবা !
হ-হ-হ শমু,
ইমাঙদা চাং তানিদা ।
ব্বাফমদুগী মহূত্তা
শাছ্ মাবু পামজদ্রে
মমল হল্লো হায়দুনা
পাক-হেক মহায়দোকউ শা !
মীবু পাউথোকপিরগা
করি তোংজবনোহে ?

শমুলেম্বা - অসীতসু নত্তরি !

খোঙজোম্বা - করি লৈরি হায়দোকউ ।

শমুলেম্বা - হায়দোকউরা ?

খোঙজোম্বা - হায়দোকউ ।

শমুলেম্বা - নিংদোল পোমগনিদা পছৌ ।

খোঙজোম্বা - করিগী পোমগনি, হায়য়ু - ।

শমুলেম্বা - তময়া খারৈ লৌবুক্তা
পাখঙদুগা শাছ্গা ।
হৈরাং লোঞ্জা-চামিন্না
লৈরাং লোঞ্জিন চিন্নখ্রে !

খোঙজোম্বা - (শাউনা) অচচ্চা - শমুলেম্বা !
মতোয়নরা হা ইবো ?

শমুলেম্বা - (শাউনা) য়াহ !
কান্নরোইদা পছৌ-ও !
নকছীনা কামজাও হুন
নশিংখাদু ফোয়দৎপা,

করি কান্ন'শারিবা!
ঙসিদগী নৎহিক্সি
হয়েং কৌবা নোংগীসু
ঝারেপ ঝারোয় তা-নখ্রে।

খোঙজোম্বা - শোয়রবদি?

শমুলেম্বা - লুরেল লৈদা কেনবিগে।
ফরে ফরে,

খোঙজোম্বা - ইবুধৌ থাংজিংনা খঙম্নুহে।
হয়েংগী কোরৌ নুমিত্তা
তনবা নীপা'চাদুনা
তময়া খারৈ লৌবুক্তা
খোঙদারকপা থোক্ল'দি
খোঙজোম্বগী কোইরেন্না
মাগী চোমায় কক্কে-কো।
'তুংগী কোরৌ নুমিত্তা
শমু নরানয়ায়দুদা
ইমোম মাবু থিল্লক্কে।
মানা লাক্ত' থোক্লগা
মীবু শোইনাইহনবগী
লুরেল নঙগী ঙল্লবা
ঐগী কোইরেল ময়ানা
মালেম থক্তা থাগেকো।
হায়য়ু, তনবা অদুগী
কোলোয় মমিং হাযযুহে!

শমুলেম্বা - কনা ওইনি হায়বগে
কেগেদদি থোয়চৎপা,
মোইরাংদনা লমহাংবা
মৈদিঙোন থোঙন ও ঙম্বা। (চৎখি)

(খোঙজোম্বা শাওনা মখোঙ থাংবা থোক্তুনা কাফে কাফে চত্তুনা)

খোঙজোম্বা - মৈদিঙোল থোঙনাওঙম্বা !
অদুগৈ –
তময়া খাবৈ লৌবুক্তা
নিঙঙাই শাংথ-নখিবা
ব্রাহৈ কেনা চন্নখিবা !
অদুগা –
ইকুই কুইদ্রিবা
কোরৌ শীংবুম
খরদংগী মমাঙদা
ইরান য়ায়দা লাকপদা
লোঙনা থিনগে তৌখিবা
তনবা নীপা 'চাদুগা
ইমোম শাহ্নলেম্বীগা
হৈরাং লোঞ্জা-চানখ্রবা
লৈবাং লোঞ্জিন চিন্নখ্রবা !
খঙগনিকো শরীশো !

(মমায লৈথোকখিঙৈদা শাহ্নলেম্বী ইমুংদা মখোঙ থাংজিল্লকই।)

হয়েংগী কোরৌ নুমিত্তা
মৈদিগোল থোঙনাওঙম্বগী
লালু চোমায় কক্কেদো।

(শাহ্নলেম্বী অকিবগা লোয়ননা মঙৈ নীকই। খোঙজোম্বনা থৌদু নূং পুথোক্তুনা কোইবেল মযা থাংদুনা লৈ।)

শাহ্নলেম্বী - (ঙাইহাক লৈবগা যাম্না কিনা)
পঙ্গৌ অপোকপা। (খোঙজোম্বা মুন্না যেঙঙি)
পোম্বী চেক্লা কনবনা
তাংলৌ খরা থেঙদোকখ্রে।

খোঙজোম্বা - উম –!
কনগনি ওম্বোক্লা কনগনি।

শাছ্লেম্বী - তরা চীন্দম্বিরব্রা ?
লাইজ ঈপাল লাংলব্রা ?

খোঙজোম্বা - (হৌগৎতুনা)
হায় লমহেনবী,
নঙবু পোকপা পঙ্খৌবু
তাংজ ফিরুক খুমহনবী,
তিল্লাং মায়তৈ-নহনবী
তবা চীন্দমফদে হে!
চৎলু —
নিঙোল কাদা চঙখ্রো হে

(শাছ্ নিঙোল কাদা চঙখি খোঙজোম্বা কোইরেল ময়াদা মখুবীনা নান্দুনা অথৌ থৌদা য়েংলগা)

খোঙজোম্বা - অচচ্চা!
শিখিবনবু ফরে হা।
মচা পোকপা তান্নবা
'সি ওইরেকো তাইবঙপাল!
(শাছ্লেম্বীনা লোন্না য়েংঙি-কীবনা মীপাইজৈ)
পঙ্খৌনা হায়বা ইন্দবী
লমকেৎপী মমোম শাচ্চবা
পাক্লবা লৈকোয়বৃংসিদা
খোঙদাফম ফাওবা লৈতেদা!

(হৌগৎলকই শাছ্ চেনশীনখি। খোঙজোম্বনা কোইরেল ময়াদা মখুবীনা তক্কুনা অথৌ থৌদা য়েংলগা মাগী ফমুংগী লুখুমদা ঙাদুনা থম্মী।)

ইকায়দা!
কেগে খারি লমজাওদা
তাংজা করম উৎকবা!

(ফমুং মথক্তা হীপথখ্রে। চবৈ ঙৌবোংনা **ফিরুক** খুমজিনখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা ইমুংদা থানবা উচানগী মৈবা মুৎখ্রে - নাশোল পীক্লা শাছ্লেম্বী হৌগত্তুনা মপা তূম্ব্রা য়েংঙি, মপানা তূমখ্রে খঙলবদা লুখুমদা ঙারিবা কোইরেল অদু তম্না পোংথাং অমা অনি থাংদোক্লকপদা খোঙজোম্বা থৌদেম্লগা যাওল্লকই - শাছ্ কীবনা মঙে নীকই খোঙজোম্বা অদুম তুমথখ্রে শাছ্না লোন্না চঙদুনা কোইরেল পায়খত্তুনা খবা চৎথোক্লক্লগা পাওন্নেবকই।)

শাম্বুলেম্বী - (কপ্পা কপ্পা)

ইপায় কোইরেল অথৌবা
চীন্নাইদবী ইতাবোই
নূরা ওইবী শাম্বুগা
শরী পন্দোম লোয়্নসি
ব্রাশক পরৈ চেৎনসি।
হয়েংগী কোরৌ নোংজাদা
পম্বৌ লিংজেল খাবনা
কোইরেল নঙগী নয়ানা
শাবী 'বুংঙো নুংশিবা
থংলেন ইমান মচাগী
লালু চোমায় কল্ল'দি
চীন্নাইদবী ইতাবোই,
নঙগী 'থৌবা নযাদা
ঈঙাং পাক্তক্লরকউ,
ঈমু পাম্মেন্নবকউকো
নঙগী খুদম উবগা
নতা লাইবক চাউবীনা
শাবী মাঞ্জা মহাক্কী
হৈনা তুইঞ্জগেকো!

(মপাগী লুখুমদা অমুক ঙাশিল্লি ঙাইহাক কোযচৎ চৎলগা)

ইশাবী ইমান মচাবো
পম্বৌনা হাৎকে তেমশীংবা
ইপা ইবুংঙো,
হা পম্বৌ অপোকপা!

(কপ্পা কপ্পা নিঙোল কাদা চঙখি। অসুম তৌনা লৈবকপনা ইনূং মমৈ ব্রাযবক্লে - শজীক থবা থোবক্লে। খোঙদোম্বনা হকাম চন্দুনা তীংলীযাঙলীবকই - খৌদেম্নগা হৌগৎতুনা ফম্মী - মালেম লৈমবু মকোক কৎলগা ফমুংদগী কূমথদুনা থোঙ হাংদোক্লুনা থোকখ্রে। -খৌদেমদুনা মচীন ময়া শেংলগা ইমুংদা চঙশিল্লক্লে - নিঙোল কাদা চঙলগা ঙবাং শাম্বুনা ইল্লুবা চবৈ নমথাংদু মুন্দুনা পুরক্লে - চবৈ ফিজোল শেচ্চিল্লে - কোইবেল খুত্তা পাযখৎলে-)

খোঙজোম্বা - হায হায, শাম্বুলেম্বী ! (খুমলক্তে)
তাবিব্রনেহে শাম্বু নঙবো ! (শাম্বু চঙশিল্লকই)
খুবৈ 'মত্তা চখোকপা যাদেকো ।
খবায থোঙ্গাল হেক লানবদা
ঐবু ফত্তে হাযগনুকো ।

(শোব ফিভম যেংলগা খোঙশাল্লক্লে - থোঙ য়ৌদ্রিঙৈদা হায়বকই)

নত্তে নত্তে,
নঙবু কোম্না থাদোক্লোই ।
পানগী থোঙনা পাল্লগা
ফাজিন্দুনা থমগনি ।
লমহেল্লবী নহাকপু
ঐনা কৈসু থাজদে ।

(মপাল থোকখ্রে থোঙ কন্না যৈশিল্লগা মপানগী থোঙনা পানশিল্লে)

শাম্বুলেম্বী - পম্বৌ পম্বৌ অপোকপা !
(হোচ্চিন্দুনা থোঙদা থীল্লী)
পানগী থোঙনা পানবিগনু,
পানগী থোঙনা পানবিগনুনে অপোকপা ।
(থোঙ থীল্লী)

খোঙজোম্বা - হায, হাযবা ইন্দবী,
যাৱা খোঞ্জেল থোক্কনুকো
শোযদুনা তোকচগনি হে ।
(চৎখি)

শাম্বুলেম্বী - (ফ্রিং ফ্রিং চোংদুনা)
ঐবু কবি ওইবসিগে,
ঐবু কবি ওইবসিগে ।
নোংদম্বা !
নোংদম খোন্দি নহাক্কী
অসী ওইবেকো ইবুংঙো !
শাবী 'বুংঙো নুংশিবা,

থংলেন মাঙ্গা পামুবা !
ননাও লাইবক চাওবীনা
তীঙ্খোক য়াংদৌ চোংবগুম
ৱানা চাক্লা চোংবসে
থংলেন নঙদি উদ্রবোই !
শাবী ইনেম-মচা,
শাবী ইনেম-মচা !

(লৌ-মাঙদুনা মালেমথক্তা হাইথখি)

---

## ৬শুবা উৎপা

**মফম** - থোঙনাওঙম্বগী মবানয়ায় ।

**মতম** অয়ুক (নুমিৎ ৱাতোল লোম্বা মতম) ।

(থোঙনাওঙম্বা চবৈ ফিজোল হোৎদুনা মখুত্তা তা অমা পায়বগা ইমুংদগী প্রপ প্রপ থোবকই ইংখোন্দা মনা মশিং হেক্তুনা লৈবিবী মাবু পোকপী পলেম তোনুনা মপাবীবু উদুনা কৌবকই ।)

তোনু - (মনুংদা)
পাবী !
পারী নঙবু তাবরা ?

থোঙনাও - (লেপ্তুনা) পলেম,
করি পাওমেনবিগগে ?

তোনু - (থোবক্তুনা) পোইরৈ কৈদা পাংগগে ?

থোঙনাও - য়ারৌ তাঞ্জরুগে অপোকপী ।

তোনু - ঙসি নোংজা অসিদি
পাওমেন তানা ইমাগী
য়ারৌ তানবা চৎলনুনে ইবুংঙো !

থোঙনাও - করিগীনো অপোকপী ?

তোনু - ইমায় খোম্লেন মঙলানচান
লাইমা ফত্তে ইবুংঙো ।

থোঙনাও - কবি মঙলান্নিনা পলেম ?

তোনু - (মমিত্তা ঈরা চেন্না)
ওছোকপগী মংলান্নি !
থাবুম 'মগী মমাঙদা
কোরৌ নোঙ্গা-নম্ববা

নঙবু পোকপা পম্বৌনা
অসি-থোঙদি নাকথগী
উখোক্তেন্দা ঙাদুনা
মখোঙ অনীমক্তুনা
শাইগী ঈচুম তাফমদা
য়াম্বরগা ফম্লম্মী।
শম্লাংদুনা ইফা-ফা
মখূৎ য়েৎনা চূবা-মেৎ,
মীৎম্না 'নীনা লৈখা-খোল,
অম্বা হিম্বী শুংদাইনা
পায়মা পোনশুম লাক্তুনা
মাযথোঙ ইমক মক্লম্মী !
শক্তমদো — !
পম্বৌ মাগী শক্তমদো !
কোকচাউবী কায় খনবদা ! (কপ্পী)

থোঙনাও - পলেম — !

তোনু - খুমদে ঐনা কৌবসু,
তাদে নঙনা ঙাঙবসু !
কাহৎলবা 'ম্রাবনা
চীনবান্দুদৈ কংলবা
'হয়ুম' হায়না অমুক্তং
অম্রা-তেথাংরম্লগা
মাঙখিফমসু খঙহৌদ্রে।

থোঙনাও - পলেম !
নত্তবনা অওইশা
অওইবনা নত্ত-শা
তবংদবু তাউবগা
মালংদবু মাগুম্বা
খোম্লেন-মঙলান্নিদা অপোকপী !

তোনু - ওহোকপগী মণ্ডলাগ্নি,
পারী নঙবু তাখোনে।
'সিগী মতুং তাবদা
ইমাইচা অনীমক
ব্লাংলবা চীংখাও 'মদা
শীংজা পোৎলেন লাক্লম্মী!
অদুদগী ইবুংঙো,
মীৎনা কৃপ্লে মনুংদা
অদুক চাউবা চীংমায়দো
লমজাউ খাম্বী মৈরীনা
পুমঙাও ঙাওনা চাক্লম্মী!
মৈখৃ যাওদ্র' মৈরীনা
ইমাইচা তমদুনা
কন্না চাকশিল্লক্লম্মী!
মীপাইরবী নমানা
পারী নঙবু পুদুনা
লৌবুক লম্মাং অমদা
উচীন নচীন চেল্লকই।
অদুদগী -! অদুদগী!
পারী ইবুংঙো!

(লৈয়েং খৎপা ঙমদনা কপ্লা কপ্লা মচাবু চেৎনা কোনশিল্লি)

থোঙনাও - পলেম কৈদৌরবগে?

তোনু - ইচীন 'সীনা করম্না
পল্লসিগে ইবুংঙো!
লৌরী থক্তা কৃল্লম্বা
পাম্বা কৈরেল অমনা
শাগী শরাক তমদুনা
ইমায় মীৎয়েং মমাঙদা
পাবী তোমপোক নহাকপু

পান্না মাগী শাখা থা
কৈবেন যাথোঙ লোম্লন্মী।

খোঙনাও - 'দুগীদমক ওইবেকো
মিপাইচাউবী পলেম্মা
মীৎস্না ঈৱাযনদুনা
খুদাং পিফম তৈবদে
পলেম্মদি —
অৱাবা ঙাক খন্দুনা
শাংথ-যাতা-নবনা
মঙজ্রোং-হাজ্রোং-মঙ্গ্রেম্মা
পংমঙ-মঙবনিনে পলেম।
পায়মা শোঙ্বাংনবিনু
মকূনা কুবিবা ওইস্নু।

তোনু - 'সীদা নংত্রি ইবুংঙো,
চেক্লা 'মুবী কাক্লসু
অরাক অবাক তম্না-খোং,
মীৎস্না মীচ্চি খপ-চিংন
পাবোম মক ফ্রুং-ফ্রুং চোং!
যাইফ-লৈত খুদম্মা
তোযনা তোযনা তোয়রবি!

খোঙনাও - পলেম, পঙৱা ৱাবিগনু।
তাইবং শেম্বা মপুগী
নোংদম তুংইন্নদৌবা
তাইবং ওইবা ঐখোয়নি।
মঙদা থোকপা থৌদোক্তু
খক থোক্কেদা তাইবংদা।
ওইদ-শীংথা-নবদা
মঙগুম্বীদা মহাযনৈ।

তোনু - চিংনবনা ইমাদি
নিংদোন চেঙ্গুম চেঙ্গানৈ
চীংঙু মিংখৈ কাউগনু।
ইমা লোক্তাক কৃন্নুগে।
ইবুধৌদা কৎনবা
ঙাবম তবেৎ ফাকগে।
চীংঙু মাবু লাৎলগা
ফত্ত-খুদমশিংসিগী
মহী ময়ায চম্লবা।

থোঙনাও - চীছুক্তদুম পলেমগী
খুম্বা ওইনা থোক্লদ্রা?

তোনু - হাযযু পাবী ইমাদা!

থোঙনাও - পলেমগী তেংবাং ওইনবা
শাজল অমোম অমতং
ঐনা লুমজবকপসি
লোইদাম কুইরে অপোকপী।
ঙবাং কৌবা নোংজাদা
থাকপা লাংদা নচানা
থুবে ইমা শাজনদো।
মতম খুযৌনবনা
পুবকহৌদ্রে ঙবাংদি।
ঙসি লৌজক্কবগা
কৎকে নীংই পলেমদা।
যাদ-মতাং থোক্লগা
মাবু থাদোকপীবমগে।
ব্রাংলেন পুংজামুক্তদি
চৎলুগেবা অপোকপী।
লৌবুক লক্মাং অদুদা
পাম্বা হকথেংনদুনা

য়ারৌ য়াইবি মাঙল'দি
লঙজরুবগী ইরান্না
ইপোৎ ফানি নচাদি ।

তোনু - নত্তে নত্তে ইবুংঙো,
চৎলগনু ঙসিদি ।
চিংনবনা চয়োমশা
চরাংনৈদা থম্মোয়সে ।
কদায়, পীয়ু তিমেন্দো
ইমা থমজিনবিরুগে । (তা মুল্লি)
অমুক পায়রগনুকো ।

(তা পুদুনা তোনু ইমুন্দা চঙখি - লোংগা তুঙ্গোলগা পায়দুনা তন্না থোরকই)

ইমাদি —
লোত্তাক কুম্লুখিগেকো,
য়ারৌ তানবা চৎশ্রনু ।
নুমিৎ থাবু ইবুংঙো
তাউবনা চায় তাবরা ?
য়াইফরকপা মতমদা
নঙনা ইমায় তম্লকপা
হয়াও হয়াও লৌগনি ।
পারী, ইমা খোঙশাল্লে,
নুংশুক নুংজা-নরনু (খোঙদোয় হুনখি)

থোঙনাও - (ভাইহাক খঞ্জা-নরগা)
হ-হ-হ !
মায়গৈ অমারোমদনা
লোইদাম তরা নীউপুবী
পলেম মাগী ময়াথং !
'তোপ্পা অমরোমদনা
মাবু ঐগী ওইরগা

পুন্সি খোঙবায় নেমদৌবা
শানৌ মাগী শরীকো !
হ-হ-হ-হ-হ!
পলেমগী য়াথংনা কনগদ্রা,
শানৌগী শরীনা শোনগদ্রা !
শোনখরবা শরীবু
শরীৎ-শরাৎনরগা
শাজং-শারাং শনবক্নে! হ-হ-হ !
(মমিং কৃপ্তনা যেংলগা য়াখল খন্দুনা লৈখি)

---

## ৭শুবা উৎপা

মফম - হাওরৌ তময়া খারে লৌবুক

মফম - অয়ুক

(খোঙজোম্বগী লৌঙাক শগাই মথক্তা খো খো নাখোক্তুনা তনবা অমা তূমদুনা লৈ - মকোঙদগী মকোক ফাওবা চরৈ ভৌবোং অমনা কূপশীল্লি - খোঙজোম্বা খোঙকাপ কামজাও হুন্দুনা লাকই - থাগুক্লা শগাই মথক্তা মী অমা তূমদুনা লৈবদু উরদুনা শাজেল তৌনা নাশোল পীক্লা শগাই মখোঙ তান্না প্রপ-প্রপ চঙশিল্লি - পনবা তৌদনা নীপাদুগী মশম পায়দুনা শগাই থক্তগী চিংথরক্লে ।)

খোঙজোবা - হা-হা-হা তনবা !

মোইরাং খোঙজোম্বা ঐবু

তাংজ লৈখা খোলহনবা

নঙগী য়াইবী চূপনবা

লালু চোমায় শোইরগে ।

(মখুৎ ওয়না মঙক নমথরগা ফিনূংদগী কোইরেন হাইগৎলকই)

তনবা - (থক থক নীক্ল)

হো - পাবা !

ঐনে -, !

ননাই শোইবোন্নে-

শোইদৎপিগনো- ! (কন্না নীকই)

খোঙজোম্বা - (মুন্না য়েংলগা)

অচ্চা - শোইবোনবা !

(মশম পায়বা থাদোকই)

শোইবোল - (য়াম্না কিনা মুন্না য়েংলগা)

পা-বা- !

খোঙজোম্বা - শোয়রমগনিদা ইবো।

শোইবোল - শোয়বদা নত্তেনে পাবা,
শিরবনিনে শোইবোল শিরবা!
(শুগৎলগা শুৎ শুৎ কপ্তুনা স্রুম স্রুম শোল্লি)

খোঙজোম্বা - ইয়া, শোইবোনবা!
শুগৎ শুগৎ শুৎ শুৎ-কপ
শোল্লি শোল্লিনদুনা
করি স্রুম স্রুম শোল্লিহা?

শোইবোল - পাবা,
শোইবোল মমি শাম্মী
শোইবোল হামচৎনৈ।
শিবগা, আ - শোরারেন য়ৌদনা
শোরেল শুল্লমগনি খনবদা
শোরি শোরাবা শোইবোল,
শ্বাই শ্বাই লাউইনে পাবা।

কোঙজোম্বা - কবম্না ইবো?

শোইবোল - তুম্লিঙৈদনেকো পাবা
মীনা থাঙনা শোয়দৎল'দি
শোবাবেল কাদে,
শোরেল ওল্লি হায়নে।

খোঙজোম্বা - নথৌদি নেকহিক্ত্রগা
লৌঙাক শগাই থকসিদা
লমদল্লম্লি কৈদৌনা?

শোইবোল - 'খোয় ইবুংঙোনা,
পাববু লাকপ্রা লোন্না য়েংউচো হায়বা!
অদুদা - শোইবোন্না হিরী কোনবদা
তৃম্বমুক অরোনবদি লৈত্রে খন্দুনা
লোন্না য়েংনবা তৃমথোকপা।

অদুগবু, উশোয়সু নত্তনা শোইবোনবু
শোইজীন শানা শোইদৎকে তৌশারিয়ে।
(পেহৌ পেহৌই)

খোঙজোম্বা - অচচ্চা, শমুলেম্বনা
ব্রা-ফৈদ্রবা ঐহাকপু
হৌজিক ফাওবা থাজদ্রি।
চৎখ্রো চৎলো শোইবোনবা
নাকোয়ননা শানখ্রোহে।

শোইবোল - কদোমদনোনে পাবা?

খোঙজোম্বা - নারকসিদা নায়ে-ন
নাথৈদুনা চৎখ্রো-হে!

শোইবোল - মাই - কিজৈ,
পাম্বা লৈরমগনি পাবা।

খোঙজোম্বা - (শাওরগ্লা) নারক্তা লৈবা পাম্বগা
পাবনা ওনবা পাম্বগা
কনানা হেন্না কিবগে? (থাঙ উৎলি)

সোইবোল - পাবা পাম্বনা হেন্না কি! (চৎখি)

(খোঙজোম্বা শগাই মথক্তা কাখৎখ্রে - শাহলেম্বীগী চরৈ অদুনা মশা পুম্নমক কৃপ্তুনা কোংযান তাবগুম হীপথখ্রে - লমদম তাম্না লুব্রাওবীনা ইশৈ শক্লকই - খোঙজোম্বা মানা থাঙত্তনা তায।)

## ইশৈ

হোই - য়া হোইয়া
হোই - য়া হোইয়া
হোই - য়া-য়া-য়া!
ও-
ময়াই কন্না য়াই-চনবা
অপাম নুংশি নুঙেঙান্না

চূকপু ওইনা পুন্নিবা
নোংদোন মাগী লৈশেম্মি।
তাইবং পানগী তাইবংনা
তুঙ্গোইননা পান্নবা
ময়াই কনবা-য়াইসিবু
চনবি শাবী শানৌদা।
নিঙেঙাল পোকপা পষ্টৌও
পান্নফমসে ইঙনবা
ফৌরোই য়েংনা নমোমগী
অপাম কাদা য়ৌহল্লু।
পান্নফমদা অনীনা
চান্নচিন্না পানবদো
পষ্টৌ নঙগী য়াইফনি
খোয়ুম মানা পাম্বনি।

(মুন্না তাবগা' খোঙজোম্বা থীক থীক নোক্তুনা হীপথখি - লাংতক্লনা কুইরেমখৈ ঙাইরক্লে কোরৌহনবনা নোংচুপ চীংয়াঙ তল্লক্লবা মতমদা - খোঙনাওনা লাউরকপা শৈখোল তারক্লে।)

## ইশৈ

নূরা ইনেম মচা-ও
নুংশি থম্বাল মানবী-ও!
লৈহী-পাম্বা খোইমুনা শাখপ তুফাং য়ৈদুনা
লৈরাং শাৎপা মফমদা পাইরকপগুম কঙাওনা
থম্বাল নাক্তা পাইজ্রক্লে
(হো) নোংদম ওইবী ইনেম-চা!

(মকোক থাঙ্গত্তুনা মুন্না ইশৈ তাবম্বা খোংজোম্বা ফিরুক খুমদুনা অমুক হীপথখ্রে।)

# ইশৈ

নোংদম্বনা তম্লকপী
লোয়ূম্বগী লোয়ূম্বী !
নঙগী শৈখুম-শৈরোন্না শৈবাল্লক্লিবসিবু
কেগে পাখঙ কনাগা ব্বারেপ ব্বাচান্নবগে ?
পাখঙ ঐগী কাদদি
শরী নামুং থুপচা-ন
পায়ম কিশি থুপকি-ন
নূরায় শমায় লৈরব্রা (ইবেম্মা) ?

(ইশৈ শক্লা শক্লা য়ৌশিল্লক্লে শগাই মথক্তা হীপ্পিবদু মশানৌ শাহু ওইববোই নীংদুনা ঙাঙনা ঙাঙনা চঙশিল্লক্লে।)

থোঙনাও - নূরা চানূরা ইবেম্মা,
শাহুলেম্বী নহাকপু
লৌবুক লৌরি য়াংবীথক
লৌঙাক শগাই পাবল-থক
খোম্লেন তুমখুল তাল্লিব্রা ?
নশাবী থোঙনাও লাকচরে
য়াকায় শৈরোল তা-নদুম
খোম্লেন পাম্বী মীৎকপ্লো ! (খুল্লক্তে)
নূরা নঙবু তাবরা ?
নাউশেনবীনা শেনবনা
থানবদৈ থেঙদোকখ্রে
নিঙেঙাল ব্বারৌবরনে ?
থম্বাল মানবী মায়থোঙদা
চরৈ ফিরুক খুম্বনা,
পাঙজব্রবী পলেমগী
মীপাইজবী পাওমেনবু
পাউথোক্তুনা পাইরকপা

খোইমুই শউম তাদ্রবোই !
খোম্লেল পাম্বী মীৎকপ্লো ।
ঙরাংগুম্না ঙসিসু
ফৈরা থক্তা তোংমিন্না
লৈরাং লৈচিন্নরসি
হৈরাঙ হৈচো-নরসি ।
চেংলৌ চীল্লোক্লরসি,
চীংগোম চীন্দা-নরসি ।
খোম্লেল পাম্বী য়াকায়রো ।
(শগাই য়ৌনা চঙশিল্লক্লে)
শানৌ নঙ্বু তাবরা ?

(হাযদুনা মখূৎ অনীনা শগাই পায়দুনা কাগে তৌববমক্তদা মখূৎ ওয়না থোঙনাওগী শন্নাং পায়দুনা যেৎ থংবা মখূৎনা কোইরেল চেৎনা পায়রগা ফাক-ফাক নোক্তুনা চোংথোরক্লে খোঙজোম্বা)

খোঙজোম্বা - হা হা হা হা হা !
ঙরাংগুম্না ঙসিসু !
(মশাগী ফীবম লৌখ্রে খোঙজোম্বা)
হায়, কেগে লমকেৎপা,
মোইরাং লম্মাইবা মচা !
ঙসি কোরৌ নুমিত্ত
থোয়চৎনবা নহাক্কী
পুন্সি চেংজেল লোইরেদো !
মীথীবোঙ মীতম্বাল !
ইমোম লাংলেল শাহুবু
ওক্তশীংদা চলহনবা
লুরেল কেনবা তায়েদো ।

থোঙনাও - শন্নাং পায়রিবা নহাকপু
শাহু পোকপা পহৌরা ?

খোঙজোম্বা - মানি -
শাহু পোকপা পহৌনি !

খোঙনাও - অদু ওইর'দি পহৌ-ও ।
নুংশিগী লমল শিংনবা
নিঙেঙালবু পোকপা পহৌদা
মৈদিগোল খোঙনাও ঙম্বগী
কচ্চরে লালু চোমায়সে ।

খোঙজোম্বা - হায় -
খোঙনাওঙম্বা, তাব্রহে ?
ইমোম মাগী মকাদা
লোইরঙ শীংখোঙ ওইররোই,
ব্রাফম অসি পন্দুনা
শরী পন্দোল্লোমজৌহে,
নঙগী য়াইবী কনবীগে !

খোঙনাও - ব্রারেমদা নামৎ মাঙদুনা
পাল্লরোইদৌবা পাওমেন্না
পান্দম্লনুদা পহৌ-ও !
লৈয়েংনা খৎপা থোক্লিঙৈ,
য়াইবীনা হকচাং থাদ্রিঙৈ,
ইচীহোকপদি হায়রুনু
ইপূক্লীংসিদা নীংব-ফাও
নীংহৈদরবা ব্রাফম্লি ।

খোঙজোম্বা - করি হায়বা ! শাহুবু
থাবা ঙম্লরোই হায়রিবা ?

খোঙনাও - তাবিয়ু, নূরাবু পোক্লবা,
পুন্সিগী মায়োক্তা তারকপা
অৱা নুংঙাইবা পুম্ববু
হরাওনা নোক্তুনা য়ামিন্ন
পাম্মিন্নবগী তাইবংদা

মাঙমিন্নবগী মালংদা,
শরিনা হা-রবা থোঙনাওনা
য়াইবিসী থাবদি ঙমগনি।
অদুবু, নূরাগী পষ্টৌ-ও,
নুংশিগী ঈরীবু ঈখায়-তম
অপামগী হৈরাঙনা থাকচবী
ইথম্মোয় পোনগীদি পোম্বীচা,
শাম্বু থাবদি ঙমজরোই।

খোঙজোম্বা - অদু ওইহিক্লবদি -

থোঙনাও - চাং-য়েংনরসিদা পষ্টৌ-ও
য়াইবি পাম্মুবনা কনবরা,
নুংশিগী শরীনা চেৎপরা!
থাঙলেনগী অথৌবা ময়ানা
ৰাতেম্নবীরোনে পষ্টৌনা!

খোঙজোম্বা - অচ্চা! নঙগুম্বনসু -

(চিংদুনা পুখ্রে - লৌরীনা শদল ওইদুনা থোঙনাওবু নমথখ্রে)
শিজরোহে ফৎত্রবা।

(হায়দুনা থোঙনাওগী লুরেল ককখ্রে - অককপা লুরেলবু থাংগৎলগা মুন্না য়েংদুনা খাক্লা খাক্লা নোক্লক্লে)

খোঙজোম্বা - হৈরাঙ মপু পানখ্রবী,
লৈরাং মপু নাইখ্রবী
মীগী মচা পাম্বনা
নঙগী লুরল কেল্লেদো!
হা-হা-হা-হা-হা।
(নোক্লগা লুরেল লংথোকখি।)

## চগুবা উৎপা

**মফম** - খারি লমজাও

**মতম** - নোংয়াই চবুক লোল্লক্লে।

(খোঙজোম্বগী খবায থোঙ্গাল মযাদা খোংনাং পাম্বী অমা হৌবী - উপাল অসিদা ঙাদুনা সোইবোল হকাম ব্রা-ব্রা চন্দুনা ফমদুনা লৈ। ঙাইবদা ব্রারদুনা শোইবোল থোক থোক চিংদুনা উইবম্বদগী উদা ঙাদুনা নাখোক্তুনা তূমখ্রে। ঙাইহাক লৈরগা শমুলেম্বা প্রপ প্রপ লাকই।)

শমুলেম্বা - শোইবোল! (শোইবোল খংপ্রেক খংই)

শোইবোল - শিগৈজন! (ফুক হৌগৎলি)

শমুলেম্বা - অচ্চা, কনাদনোহে ইবো?

শোইবোল - হৈমা -! 'খোয় ইবুঙোনিনা।

শমুলেম্বা - কনাদনোহে নঙনা
শিগৈজন হায়বদে?

শোইবোন - ইমাইপেম্মা!
ননাই শোইবোল উইরুরেদনা!
ননাইগী খোল্লেন মঙলান্দা
শাম্বুলেম্বীননে ইবুংঙো,
অশিবা কৈ অমা লংশিল্লকপবু!
মদুদা ননাইনা খংপ্রেক খন্দুনা
"অশিবা কৈ চনবী" হায়গে তৌবদা
শিগৈজন হায়দোকখিবনি।
তাইবঙ ফাওখ্রবোরেকো!

শমুলেম্বা - আ - মঙগুম্মী হায়দুনি ইবো!

শোইবোল - কমদৌরনো ইবুংঙো ?

শমুলেম্বা - করি ওইনি ইবো ।
য়াঙ্গোই মাগী ময়ানা
থিন্দোক্লক্লবদবু
থেঙ্গুনা শুজিনবা য়াব্রাহে !
অফ-নুংঙাই চয়োম-শা
য়াইফ'ত ইশরুক ওইরবা
শমুলেম্বনিনেহে ঐহাকসে

শোইবোল - তানীংঙিদা ৱাফমদো !

শমুলেম্বা - নুংঙাইবা ৱানিনে ইবো ।
মরান য়াইদা চঙদুনা
খোঙজোম্বগা উনরে ।
থোঙনাও ময়াঙ ঙম্বগী
লুরেল কেনখ্রে হায়রক্লে ।
হয়েংসিমক শাম্বু
শকহেল্লবা শমুদা
কৎলগনি হায়দুনা
শরীনামুং তৌহৌরে ।

শোইবোল - শমুগী থোঙদা থোঙঙাকপা
থোঙনাওবু থোঙঙাক য়ৌখ্রবা !

শমুলেম্বা - য়ৌখরে ইবো য়ৌখরে
হয়েংদি শোইদ্রে হায়বসে
য়ানীংলেদনা শোইবোনবা ?

শোইবোল - কৈদগী কৈদগী
''খুত্তা পায়বা ইতাওগী
য়াদা হূকপা ঐহাক্কী''
ইপাইপুগী পাউরৌ লৈরী ।
ইখূৎচন্দ্রিমখৈদি -

শমুলেম্বা - হায়, মীনাই মচা!
থোঙনাও লৈত্রবদবু
শমুদবু শাম্থনা
শোয়বা হৌনবরহে!

শোইবোল - অদু ওইরবদি -
'খোয় ইবুংঙোদি
অশোয়বা ঙাকপা তাবেদো।

শমুলেম্বা - ইয়া করম্না ইবো, করম্না?

শোইবোল - থোঙনাও শিবগা শাম্থ হেক মবৌবা,
শিদ্রগা হেক মবৌদ্রবদি
ননাই শোইবোন্না শোয়বা ওইম্লুকো
অশোযবা ঙাকপা তাদ্রনে 'সিবো?

শমুলেম্বা - অশোয়বা ঙাকপনি
হায়গে হায়য়ু হায়রোই তোকউ।
ঐগী মক্তবু শাম্থনা
ইশাই কোন্দা ঙাল্লগা লোইবে।

শোইবোল - হোয়দা -
নোম্বা মখে নোল্লগা
নমদা মকম কোকথোকপা
কোঞ্জেং কোকফাইদুমক্তি
নৎত্রেদনা ইবুংঙো?

শমুলেম্বা - উম, মানি মানি ইবো!
ঐনা মাবু হেন্দোক্লা
পাম্লুবসু নত্তেহে।
লৈবাক মাঙদা চোপ্লিবা
'সীদা কোক্কে শীনবনি।

শোইবোল - অদুদা ইবুংঙো,
ননাই শোইবোনবু শোবি পারি খন্দুনা

শ্বাই শ্বাই লাউবা অমত্তং
আ - লুতোন্দা তিং তিং চোংঙিদা
হয়ুম - ! (শোব শাংনা হোঘ্নে)

শমুলেম্বা - কবিনিনা ইবো ?

শোইবোল - পন্দি পলহৈদেকো
হংলক্লবনিনা হংগৎলগে -
হঙ্-হঙ্ঙ - !

শমুলেম্বা হঙ্ হঙ্-লা হায়ববু
কিন্না হংগৎলবদি
কীঙ্নিদো শোইবোল ।

শোইবোল - অসিনিমা ইবুংঙো -
হঙ্ হঙ্, থোঙনাওগা শাঙ্গসিবু
শিমিন্নসি-পানমিন্নসি হাযনা
শবী-শোন্নে হায়বা
শোইবোন্না শোরি পারি তায ।
থোঙনাও শিংঙ্গ্রে হাযদুনা
শাঙ্গসু ঙসি অহিংসি
হঙ হঙ ! কোক শিদোকখ্রবদি -

শমুলেম্বা হঙ-হঙ হাযহৈদে ইবো হাযহৈদে ।
মদুগীদমক্লি ইবো
ইনূংনা চবুক লোল্লবা ফাও
শমু শোইবোল অনীনা
শোযদনবগীদমক্তা
শবীৎ শবাৎপী শাঙ্গবু
কোম শেন্নবগুম শোল্লি'সে ।
ঐহাক অমুক পোত্থাগে
নহাক অদুক শেন্নক ।
শঙযা নক্লা চঙলুনু -
মপা থেংনববদি

'হনুবা হনুবী অনীগী
পাল মথা' তানিহে।
খোংলমগা হেক তাইনবা
মনিংগী লাংখোং ময়াদা
চৎলু নঙ তুক শেন্নরু।

শোইবোল - অহিং অসিদে মম্মীদা!
মীনা থোইনদুম মম্মীদা।

শমুলেম্বা - অচ্চা, শোইবোল।

শোইবোল - ননাই শাঞ্জরে। (চেনখি)

(শমুলেম্বা উদা ঙাদুনা ফমথখি - মতম অসিদা শাঙলেম্বী মপাগী কোইরেন মযাদা ঈ তৈবা থেংনবদুনা থরক্তা হৈজ্রাং যেপশিল্লগা ফিনুংদা কোইবেন্দু পাযদুনা থোঙ হাংদোক্তুনা চেপ্তোবক্লে -চেল্লকপগী মখোল তাদুনা শমুলেম্বা লাউরকই।)

শমুলেম্বা - কনানো?
যাংদৌ লমথারক্লিবী
নঙগী খোঙদোয় লেপ্লুহে। (থৎলি)

শাঙলেম্বী - (শোব মপী হোন্দুনা খংবগা লোইননা)
কনানো?
লম-থৎলিবা নঙবু কনানো?
চায়থোকউ ঐগী লম-পীযু,
ঐঙোন্দা খুরৌ চেনগনু।

শমুলেম্বা - (মুন্না য়েংলগা)
হা-হা-হা-হা-হা!
শাঙলেম্বী, ঈরাং থাংবী!
'সুক মল্লবা ইনুংসিদা
কৈদা ইরাং হৌকগগে?

শাঙলেম্বী - শমুলেম্বরা?

শমুলেম্বা - মানি, শমুলেম্বনি।
নরানয়ায়দা হনগেরা,

লেপ্পে হৈনা ইনগেরা ?
খোয়দাব'মা খঞ্জহৌ !

শাছ্লেপ্পী - (কপ্পা কপ্পা) শমুলেম্বা,
নখুয়াদা তৃদুনা
পাঙ্গল শোনবী শাছ্বনা
ফিগাও শানা নিজরি,
ঐগী খোঙদোয় থিংবিনু,
চৎনবা লম পীবিয়ু ।

শমুলেম্বা - কান্নবোই শাছ্ ।
থোযচৎ ব্রাংচৎনজনু
থেল্লিঙৈদা তেজহৌ,
তায়োন্নবা তৌজনু ।
লেপ্পে তেমথেং তেম্মাংদা
তাথী তাওইরবদি
নঙগী তাইবং মীওইপাল
তরং-মালং তাজনি ।
থীল্লে চৎলু, হৌজিকমক
নৌবা খোঙদোয় হঞ্জহৌ ।

শাছ্লেপ্পী - শমুলেম্বা,
'মুকসু হন্না নিজবি ।
মীৎস্না ঈবাহৌদুনা
ঙক্কা চরৈ থোংদুনা
কোংযান মানা তাবগুম
খৃযা খাদা তৃজরি
ঐবু থাদোকপিয়ুনে ।

শমুলেম্বা - হায়, লমহেনবী !
ওক্তবী,
তাইবং নুবী ওইবীগী
লিচৎ-শাজৎ চত্তবী,

নঙবু পোকপা পম্বৌবু
লৃশ্নায থক্তা হাপ্তুনা
কোযহা হানা যোম্ভোকপী!
ঐগী হৈনা তুংইন্না
চৎনি চৎলোয হায়যুহে।

শাম্বুলেম্বী - লমহেনবীসু কৌজহৌ
ওক্তবীসু পঞ্জহৌ।
অসিগীসু মথক্তা
তাইবং লমচৎ চৎত্রবী
শাওইবীনি হাযজহৌ।
মাঞ্জ মাগী মশুংলাং
তাথী, শোনাই পুন্নমক
নাচুংদ্রবী ঐহাক্লি।
চাযথোকউ -
যাইবী লৈবাং কৎখ্রবা
মাগী নুংশি শক্তমদো
'মুক্তা যেংজহৌকুগে।

(হৌগৎলগা থৈথদুনা চৎলি - শমুলেম্বনা হোচ্চিন্দুনা থৎলি)

শমুলেম্বা - হা-হা-হা-হা-হা।
শাম্বুলেম্বী,
কেগে ব্রাথোকচাউববী!
শমুলেম্বে মমাঙদা
থোঙনাও মাবু পনবদি
মৈবা চিংবা উকংদা
মৈ-চুবনি খঙদ্রহে?

শাম্বুলেম্বী - শমুলেম্বা,
শাম্বুলেম্বীনা কমদৌনা
মথংলেন মাঞ্জ পাম্মুবা
মৈদিগোল মাগীদমক্তা

**করম্বা ঙমদাই পুরিবা**

শমুনা খঙদে ঙমদাইদো !
নঙোন্দা নোনবা অসিদা
নহাকপু কিবে খল্লুনু ।
নঙোন্দা ঐনা নোনবদি
লান্নীংদবনা নোনবনি ।
শমু নহাক্তি হায়কনু
ইশাবী মাগীদমক্তা
ঈমতৃম ওইবিঙৈদগী
নাওযোক নাওকোল্লক্লবা
অপোকপা পন্থৌ মহাকফাও
কিদনা থোবক্লবীনি ।
চায়থোকই - ঐগী লম পীয়ু ।

শমুলেম্বা - হা-হা-হা ! শাম্বুলেম্বী !
ঈশায চফু মনুংগী
লেম্লে ওইবী নঙনসু
নশোঙ ফন্না খৌশাবি !
হা-হা-হা-হা-হা !
নোক্তুম নোক্লিংই শবীশো ।

শাম্বুলেম্বী - শমুলেম্বা,
শাম্বুনা শমুদা হাযজবা
অবোইবনি খঙঙু মাসিনা
চায়থোকউ - ঐগী লম পীয়ু (হোচ্চিল্লকই)

শমুলেম্বা - কানবোই, শাম্বু হন্দোকউ ।
মশাদৈ চোইনবু কেনখ্রবা
থোঙনাওগী ঙল্লবা লুবেনবু
ইখোঙনেৎ খুদাবু ওইদুনা
লম্মনবু শিংনগে খল্লিবা
শমুগী খুত্তগী শাম্বুবু

কনানা কনবগে তুক য়েংসি -

(কন্ন হোচ্চিল্লকই)

শাম্বলেম্বী - অচ্চা ! নঙগুম্বনসু
নতীক করি লৈদুনা
থংলেন মাবু পল্লিবা !
শিজহৌরো মী-তম্বাল !

(শমুলেম্বদা কোইবেন্না য়াল্লল্লগা শাম্বলেম্বী কন্না খোঙদোয হুনখি - শমু মরেংবান্দা শোক্লদুনা মখুৎ য়েৎনা অশোকপা মফমদু পায়দুনা)

শমুলেম্বা - ওঃ- (হায়দুনা তূথখি)

(লাউনবা তাদুনা শোইবোল চেল্লকই)

শোইবোল - ইবুংঙো !

(চেনশিল্লি কোয়মা মাদুনা যেংই)

হিঃ শোক্লেনা !

(মাগী নমথাং লৌথোক্তুনা অশোকপা মফমদা পুনশিল্লি।)

শমুলেম্বা - শোই-বোল - !
ঐ-বু - ইরান - য়ায়দা পু।
নুপী - খূত্তা - শিবসে,
লৈপাক - মকা - লামগনু
ইপায় - মহাম - তাবনি।

শোইবোল - ইবুংঙো,
ননাইগী নমদা লেংখৎলো। (মনমদা পোখৎলে)

শমুলেম্বা - ওঃ - (হাইথদুনা লেকথরে)

শোইবোল - ইবুংঙো, ইবুংঙো।

(শমু অমুক খুল্লকপা তৌখিদ্রে শোইবোল মপি তানা কপ্লক্লে)

শাম্বনা শাম্বরমদুনা
শোইবোনগী শমু শানখরে।
শমু শোইবোল অনীমক
ঙসিদগী শেৎনরে।

(শোইবোল কপ্লা কপ্লা চৎখি - মাযকৈ অমরোমদগী তোনু হীক্কপ লোন্না তেংথা-নাওইদুনা মপারী থোঙনাওবু কৌব কৌরদুনা উচাল মৈবা পায়দুনা লাকই।)

## শেলোল

(মনুংদা) ইমাগী ইবুংঙো -
হা মৈদিগোল খোঙনাওঙম্বা নহাকপু
ইমায় য়াব্রা তানা
পারী খোঙদোয় হুল্লকখোবা (ইমাদা)
(খোবক্তুনা)
কোরৌ মানা ব্রাংলিঙৈ
মালেম মানা মমদ্রিঙৈ
কেগে খুঙ্ক খুনখাদা
খাবি লমথাং খুদিংদা
যুমথাং য়েনা থিববু
পাবী শক্তম উখিদ্রে (ইমানা) !
ইচায য়ায়বি মঙামক
মিবেল থানা তক্কমক
মিকোন শৈগী-শৈবোন শক
কোল্লকপবু 'কুক-কুক-কুক'
ইমায় ফিগাও তম্লবু
মিরেল লাক্ত্রে কবম্লো !

তোনু - পারী, পাবী ইবুংো ! –

(কৌদুনা মুখগ্রবা উচাল মৈরা হুন্দোক্লগা চেনগে তৌববদা মীৎকপ খোবকপদা খোঙ হন্দোক্লম্বা খেংনদুনা হৌগত্তুনা মমোমবু থিরকপদা থিবা ফংদ্রবা খোঙজোম্বনা লাওবকপা তাবদা চানু খংলেপ লেপ্লি)

খোঙজোম্বা - (মনুংদা) শাহু -শাহুলেশ্বী !
ইপাগী ইমোম ইবেম্মা
ইপানা কৌবা তা নবু
লাংলেন হল্লকখোণবা (ইপাদা)

(মখোঙ শেক্লা শেক্লা খোঙজোম্বা চেনখোবকই)

মৈদিগোল মশুংলাংগী
ইমোম শাম্বু নহাক্লা
য়াইবি মাঙবা হৌনদে
লাংলেন নঙবু হল্লকখো

(তোনু অঙকপা অকিবগা লোয়ননা)

তোনু - কৈদৌবা!
মৈদিগোল হায়বা!
হায়যু তনবা - (চেনশিন্দুনা)
পারী ইবুংঙো মৈদিগোলবু,
লমদম কৈদা লৈবগে?

(হন্দোক্কে তৌববা খোঙজোম্বগী চরৈ ফিনা পাযবদুনা)
হায়যুনে তনবা, হায়যুনে —
মৈদিগোল কৈদা লৈবগে?

খোঙজোম্বা - চায়থোকউহে—
তম্ববী নহাকপু কনানো?
ইমোম য়াইবি মাঙলম্লনি।

(ইল্লি তোনু লৈমাযদা তূথখরে)

শাম্বু!
ইপায় লাংলেন চরৈহল!
অমং শম্বা তান্দুনা
খম্নুং লৈপাক য়ৌখ্রবা
থোঙনাও মাগীদমক্তা
য়াইবি মাঙবা হৌনদে
ইমোম হল্লকখোগবা (ইপাদা)।

(মখোঙ শেক্লা শেক্লা তুরোই ঙালোই চেনখি - তোনু অঙকপা অকিবগা লোয়ননা হৌগত্তুনা)

তোনু - কবি। কবি হাযবা।
পাবী মদোম পোকচবা
মৈদিগোল থোঙনাওঙম্ববু
অমং শব্রা তান্দুনা
খম্লূং লৈপাক যৌখ্রবা।
ইবুংঙো, পাবী তোম্পোক,
ইমাবু কবি ওইবসিগে।

---

## ৯শুবা উৎপা

মফম - হাওরৌ তময়া খারৈ লৌবুক লৌঙাক-শগাই ময়া

মতম - ইনুংগী মমৈ ব্রাইরক্লে।

(থোঙনাওগী মকোক্তা মশাগা তোঙান তোঙান তাদুনা লৈ। মশানা লৌবি মযাদা - মকোক্তা ফৈদোম ময়ায়দা - শাম্বু লাউনা-লাউনা চেল্লকই।)

শাম্বুলেম্বী - (মনুংদা) শাবী ইনেমচা,
থংলেন মাঞ্জা পাম্মুবা!
(ননাও) লাইবক চাউবী লাকচরে।
পোইরৈ কদোমদনোনে -
(থংলেন) নঙনা য়াতাবিরববো?

(ইথক থক্লা ইফিং ফিংনা মমীত্তা ঈবা চেন্না কোয়যেং য়েংলগা)

পোইরৈ কদোমদনোনে
শাবী ইনেম মচানা
খোল্লেন তুমখুল তাল্লি'বো!
ইনুং 'সিনা মম্বনা
পাম্মু চেংলৌ উখিদ্রে।
মায়কৈ য়েংই ইমম-ম
তাংলৌ য়েংই ইচীক-হল
মায়কৈ শলাই খঙখিদ্রে।

(কোযচৎ চৎলক্লে।)

ইবুধৌ থাংজিং কোইরেন লাই,
নশু লাইবক চাওবীবু
থৌজাল্লরোই হায়রব্রা?
হা থাজ থাবুংতোন!

ইনুং কোইবা নহাকসু
মোমুই ইতৌ উবদা
লোইবি-ফিব্রক খুল্লিব্রা ?

(কোইথি-থিবক্লে থোঙনাওগী মশানা মমাঙদা উতুপ তাবগুম তাদুনা লৈবা উরে - শন্দুনা কোনশিনখ্রে)

শাহুলেম্বী - শাবী ইনেমচা,
শাবী ইনেমচা !
ইশুংলাংগীদমক্তা
লৌবুক লৌরি মোনখাঙ-না
নোংদোল লাইজ ঈব্বাই-না
মালেম য়াতানরব্রা (নে নুংশিবা)
(ঈনা চোৎপা চবৈ থেংনদুনা)
এঃ, এঃ !
ঈঙাঙ পাক্তক্ল,
ঈমু পানফেন্নরেনা !
(থোঙনাওগী মকোক য়াওরমদবদু থেংনবদুনা)

শাহুলেম্বী - মাঙজরে, ঐদি মাঙজরে !
পাম্মু মাগী মিহৌরবা,
কল্লক্লবা হকচাংদগী
যেংনা য়েংনা মিতাজবা
মায়থোঙ থাজ অপানবদো
মাঙখ্রে, চোইনা কেনখরে !
(অঙাওবীগুম্না ফুক হৌগত্তুনা)
কদায় ! কদায়দনোনে !
নূরা শাহুলেম্বীগী -
শাহৌ মথোক কায়কপগী
তাংলৌ চানা থেল্লক্লবী,
শারেপ ফাবী শক্তম 'সিনা
লোয়না-লোয়িন ওইজরবা,

য়াইবি লৈরাং লোকপিববা
পাম্মু মাগী নুংশি চেংলৌ
কদায - কদায়দা লৈখবে!

(কোযযেং যেংলকই - মতম অসিমক্তদা নিন্দুংগী থাজনা ইচীক হুল্লবা অহিংসিদা চীংদোন্দগী চীক্লা ফাওগৎলক্লম্মী - তময়া খাবে লৌবুক থাবন্না চোন্না ঙাল্লে - মশাবীগী লুবেন্না থাপ্তুনা তাদুনা লৈবিবদু উবদা শাম্বলেম্বী ঙাঙনা ঙাঙনা অঙাওবীগুম চেননিখ্রে।)

শাম্বলেম্বী - শাবী মাঙ্গা!
থংলেন মাঙ্গা পাম্মুবা!

(মশাবীগী লুবেনবু থাদা চেৎনা কোল্লগা ওন্ন-থোইনা খাঙলক্লে - লোয়া নোংনা খোংবগুম থম্মোয় ফুক্লা কপ্লক্লে।)

শাম্বলেম্বী - শাবী মাঙ্গা পাম্মুবা,
থংলেন মাঙ্গা নুংশিবা!
ইশুংলাংগীদমক্তা
লিংজেল খাবা পম্বৌগী
'থৌবা কোইরেন ময়াদা
য়াইবি মাংলবরনে
নুংশিথোইবা নহাকপো!
ঙাইবিরমখো ইবুংঙো
থোঙাক মচিথেক
মকোই-নুংঙোল-চীং,
ৱাবনা ফে লাউবা চীং,
খুনুনা মীৎস্না তাবা
লুথোক চীংবু য়ৌরগা
অশি-থেন্দা থেল্লমখো।
পোৎশিৎ-পোৎলোয়-পোত্থা-তম
নাপাল্লমদা ওন্দুনা উজনীংবা মীৎয়েংনা
চিংনা চিংনা য়েংদুনা
লাইবক চাওবী শাম্ববু
ঈখৌ লাংনা ঙাইরমখো (কো নুংশিবা)

খমুং তুরেল অচৌবা
শল্লাং 'মনা থোংফে-ওই,
শল্লাং 'না পান্বে -ওই,
পাঙ্গল শোনবী নুজানা
ইদোম লানবা ঙমজরোই।
নপাল তাংনা লাল্লগা
অতিঙঙা গুরু শিদবা
ইমা লৈমরেল শিদবী
খোয়ুম অনীনা ঙাল্লিবা!
ফাঙ্খোং পায়মিন্নসিকো!

(শিগে থৌরাংলবী শাছু খোঙজোম্বনা অরাপ্পদগী লাউরকপা তারে)

খোঙজোম্বা - (মনুংদা) শাছু -, শাছুলেম্বী - !
ইপায় ইমোম ইবেম্মা
ইপানা কৌবা তানা
লাংলেন খুল্লকখোগবা।
ঐবু নুংশিদ্রবসু
নঙবু পোকপা পছৌগী
ময়াথংনি খন্দুনা
ঐপাবু তুক ঙাইরমখো।

শাছুলেম্বী - হা-হা-হা-হা-হা!
ইপা ইবুংঙো!
নবুকথোক্কী নমোম্বু
নুংশিবদি খঙলিবোই!

খোঙজোম্বা - (থোরক্তুনা)
শাছু -! ইপাগী শাছু!
(শাছুলেম্বী থরক্তগী হৈজ্রাং শংলগা হৌগংলকই)

শাছুলেম্বী - পছৌ!
খোঙদোই হুঞ্জিল্লক্কনু
মফম অসি মংফম্নি।

নীংনবনা থোইবনা
মপা মমা কিদ্রবা
শাবী শানৌ অনীগী
নীংন-নুংশিনবগী
অরোই' য়াতামিন্নফম
মংনি কুফাং চন্নফম।
(হৈজ্রাং, উৎলি - খোঙজোম্বা লকক্তি তৌবগা)

খোঙজোম্বা - শাহু! (খোঙথাং অমা অনী চঙশিল্লকই)

শাহুলেম্বী - লেপ্পুনে পহৌ!
পুন্সিগী অরোইবা পাওমেনখোল
তাবিনীংলবদি খরদং
লেপ্লিবা খোঙদাফমদুদগী
হেঞ্জিনবিরক্লগনু পহৌ।
হেক থাংজিল্লকপদা অ'মতং
পহৌনা অপনবা পীদ্রিঙৈ
হৈজ্রাংদি অসিনা থিন্দুনা
নমোমগী য়াইবিসী থাগনি।

খোঙজোম্বা - শাহু! শাহুলেম্বী!
করিনিগে ইবেম্মা!
ইমোম নঙবু ইপানা
ওকসু-শিংসু ব্রারকপা,
খোয়খা লিনখা থাব্রনে (ইবেম্মা)?

শাহুলেম্বী - ইপা ইবুংঙো,
"ওক্তে শিংদে নহাক্তি
হায়বা ইন্দে" হায়দুনা
(নমোমগী) ইঙক করুন্নবদি
ইপূক্লীং পেন্না
ইতীক চায় খন্না
পহৌগী চৈবাক অপূম্বা

নমোম্না নোক্না য়ারম্নি ।
নৎত্রদুনা অদুদি
মরানসু মাগী লৈত্রবা
মীচাবোক মাবু হাত্তোকপা
পম্বৌগী পুকচেল কনমল্লি ।

না থোঙনাওগী লুরেন কোনবা উরক্লবা খোঙজোম্বনা হঙ্গোইনা লাউরকই)

খোঙজোম্বা - অচচ্চা ! শাম্বুলেম্বী !
হঙঙ্গোইদ্রহে !
তাইবং থব্বায় য়াওদ্রবা
মশাদগী কেল্লবা
লুরেন্দুবু নহাক্লা
চেৎনা থাগোনরিববু
তুক্কচদ্রা - হঙ্গোইদ্রা !
হুন্দোকখ্রো - থাপ্লা হুন্দোকখ্রো ।

শাম্বুলেম্বী - হ-হ-হ-পম্বৌ !
ঐগীদমক মানা য়াইবী মাঙখিবা
মাগীদমক ঐদি য়াইবি মাঙলোইদ্রা !
পোকচবনা পম্বৌনি
থব্বায়-হকচাংনা মাগীনি ।
পম্বৌ অসি খঙদব্রা ?

খোঙজোম্বা - ইপাগী শাম্বু,
ইপানা হায়বা ইল্লুনে
ইমোমগী য়াইফ ওইনবা
ইপানা শীনবা শীল্লম্নি (নেহে) ।
হুন্দোকখ্রো -
নখুবাক্তগী হৈজ্রাংদো
থাপ্লবু হুনখ্রো ইবেম্মা

শাম্বুলেম্বী - হুন্দোকখিগে -
চীংঙু থাংজিং পন্দুনা

শরী নামুং তৌবিয়ু -

(কোইরেন লংশিল্লি)

কোইরেন অসি পায়দুনা
পন্থৌ নঙগী নয়াথং
ইন্দবগীদমক্তা
কক্কে হায়না নমোমগী
লুরেল অসি ঙল্লবা !
পায়বিয়ু,
কোইরেল অদু পায়বিয়ু
ঐগী লুরেল ককপিয়ূ।

খোঙজোম্বা - ইয়া - !
অদুগুম্বা ৱাফমবু
নঙবু পোকপা নপাদা
পনবা হৌনবরহে !
মচানদি মপাবু
নুংশিদবা ঙম্মী ।
মপানদি মচাবু
নুংশিদবা মঙমদে ।
অসি খঙনা ঙাঙঙুশা !
মচায় হক্কন্নবদা
য়াইফ-নবা শীনবদা
পলেম পন্থৌ ওইবনা
হিংচা-য়াইতমল্লিবনি ।
ইমোম, মাসি খঙঙুনে ।

শান্বলেম্বা - ঙমদে -,
ঙমদে নমোম্বু হাৎপদি !
মরান লৈত্রবা মীচাবু
হাত্তোকপিবদি ঙল্লগা
মরাল লৈরবী নচাবু
হাক্তোপপদি ঙমদ্রিবা !

ঐবু পছৌনা নুংশি'গুম
মীগী মপাসু অদুনি !

খোঙজোম্বা - শাছ্লেম্বী - ! ইপাবু -
পুকখা লিনখা থারনু
হল্লসি লাউ ইবেম্মা।

শাছ্লেম্বী - হনবিখ্রো -
পছৌ খোঙদোই হনবিখ্রো।
নমোমগী য়াতা অরোয়বা
পছৌনা উবিদনবা
থাপ্লবু খোঙদোই হনবিখ্রো।
মহাক্কী হৈনা তুংইনবা
ব্রাশক্লি ঐগী অচেৎপা।

খোঙজোম্বা - করি - ! শাছ্ করি- !

(চেনশিল্লক্কে তৌই)

শাছ্লেম্বী - লেপ্পু - লেপ্পু অপোকপা !
খোঙদোই হুজিল্লকনু

খোঙজোম্বা - তাওনে, লাংলেন নহাকপো।
নঙবু পোকপী পলেমগী
খোল্লাং মহাও খঙদ্রবী
ইপায় শাছ্ নঙনিনে।
ইনমদা পো, 'থাদা কোন
য়ুমথোঙ খুদিং কোয়নচৎ
খোম-ইন্দুনা য়োক্লকপা,
থেঙলক্লবা অহিংদা
লাম্না কপ্লক্লবদা
ইচীনসীদা নচীনথম
খোল্লাং শানা পীথ্রকপা,
ইনমসীদা পোদুনা
হৈনদ্রবা ইচীন্না

নাউথেম শৈরোল লোন্দূনা
নঙবু নাউথেল্লক্লবা,
ফৈরা থক্তা কোন্দুনা
কৃপ্পা কৃপ্পা শায়রবা
অশায় চইন ইন্দুনা
নঙবু নাইয়োক্লক্লবা,
নপানিনে ঐ অসে
ঐবু নুংশিদ্রবনে

(শাহুলেম্বী না তাবদা মপুম থীংনা কপ্লক্লে - হাইবকই)

শাহুলেম্বী - ওক্লে তোক্লো অপোকপা,
লোয়না খঙজে নমোম্মা।
মপোক লাঙেঙান কয়াদা
শিংবা ঙম্লরোইদৌবা
পঙ্খৌ নঙগী লমন্নি।
নুপী ওইবী ঐখোযনা
পলেম পঙ্খৌ অনীগী
কায়-ন মৈচাক খাঙবদা
পুক্সি চূপ্পা কপ্লসু
পেনবা কৌবা লৈজদে।
অদুবুনে অপোকপা
পঙলবীনা খঙজদে -
পলেম পঙ্খৌ নাক্তদি
মাঞ্জা মৈচাক মূৎঙমদে,
মাঞ্জা মাগী নাক্তদি
মৈচাক পূম্না মূৎঙম্মী।
থংলেন কায়না মৈচাক্তি
করি হায়নি অপোকপা
য়াইবি অসি থারফাও
পেঞ্জববু ঙমগদ্রা ?

অসিগী চাং য়েংনবা
থৌরম লোইরে নমোমগী।

খোঙজোম্বা - শাছ্ - ! (চেনশিনগে তৌই)

শাছ্লেম্বী - লেপ্পু,
খোঙদোই হুল্লকনু পছৌ!

খোঙজোম্বা - ইপায় ইমোম চরৈহল,
লাংলেন নঙবু ইপানা
'মুক্তা লাংগোঞ্জখিগে -
মীৎকী ঈরা অসীনা
নথম্মোয়দো পেৎনরে।
লাওনে ইমোম, ইপাগী
ফৈরাথক্তা চঙলকউনে।

পি তানা কপ্পুনা পাম্বোম অনীমক তিংথোক্তুনা মম্মোম্বু কোন্নীংনা লেপ্পুনা লৈ।)

শাছ্লেম্বী - পেৎলেনে অপোকপা, অদুবু
পছৌগী থীল্লবা পিনদি
নমোমগী থম্মোয়দা মপেৎনৈ।
মাঞ্জগী হক্তগী শিন্থকপা
ঙাঙলবা ঈরীগী ঈখেঙনদি
কোক্তনা শঙখরে থম্মোয়সে।
মহাক্কী ঈখেঙনা শঙলবা
ইথম্মোয় 'সিদগী চেন্থকপা
নমোমগী ঙাঙলবা ঈখেঙনা
শঙহৌরো পছৌগী পুকচেন্দো।

খোঙজোম্বা - (ইফিং ফিংনা) শাছ্ —!

শাছ্লেম্বী - (লুবেন্দা মুন্না য়েংলগা)
ইবুংঙো —
শাবী মাঞ্জ পাম্মুবা

হাযযু কৈদৌববগে
হেক উবদা শাহুবু
পাম্মু-নুংশি মিংযেংনা
মিতা মিতা য়েংলম্বা,
হৱাও-য়াকা মিনোক্না
নোকমি নোকমি তৌরম্বা
নওগী মায়থোঙ থাজনা
ইশুক-শুকথ ইমক-মক
মিংস্না ’নীমক উইশিন্না
ইথা তম্না শাহুগী
লৈশিল্লক্লিবসিবু
পায়মা পুকচেল কল্লবা
পঙৌ অসি লাক্লেসে
লাউহৎ-চৈহৎলরনি
খনববনে ইবুংঙো ?
লাকচন্নু কৈদৌগে —
থংলেন নওবু থাদাকোল
পঙৌগীদ নত্তনা
তাইবং ঈশৌ ঈনেম্ফম
খোযুম মাগী মশাইকোল
লাইরৈবাক্তা চৎলনি ।

খোঙজোম্বা - শাহু ! — ইপায শাহু !

শাহুলেম্বী - শজীক মতুং ইনখ্রবা
থবা মমৈ ৱাযখ্রবা
শাবী ইনেম মচা-ও !
কোবৌ নোংথোঙ হাংদুনা
ঙাইবিরম্মু শাহুবু ।
শাবী মাঙ্গ পাম্মুবা
থংলেন মাঙ্গ নুংশিবা !

(হাযদুনা মশাবীগী লুবেনবু মথাদা মখুৎ ওযনা চেৎনা কোল্লগা মখূৎ যেৎনা পাযবিবা হৈজ্রাংনা থনুংগী নোংদম ফীবাক খাযদুনা লৈমাযথক্তা হাযথখ্রে - খোঙজোম্বা কন্না চেনশিনখ্রে।)

খোঙজোম্বা - শান্থ ! শান্থ !

(শান্থগী মশাদগী থাঙ শৎলগা মুন্না যেংঙি।)

ইপাগী ইমোম ইবেম্মা
ইপাবু কবি ওইবোগে !

(মনাক্তা তুখ্রে; অমুক ফাক ফাক নোক্তুনা হৌগৎলক্লে।)

হা-হা-হা-হা-হা !
কবম্না খঙগনি
(শিন্নৌ) মোইথাপকুম থোৎলব
মমোমগী পুকচেনবু
(থৌদু) নুংগুম কল্লবা
পন্থৌগী পুকচেলন্না
কবি খঙফম থোকই !
শান্থ, শান্থলেম্বী !
ইপায লাংলেন চরৈহল !

(লৌমাঙদুদা তুথখি, থাগুক্লা মপাবীবু কৌদুনা তোনু চেল্লকই।)

তোনু - (মনুংদা) কদায ! কদায়নোনে -
পাবী তোম্পোক মৈদিগোল
নঙ্না যাতাবিববো !

(মৈদিগোল পনবা তাবদা খোঙজোম্বা অশাওবা পৃম্বা নীংশিংলকলে - ফাক পাক নোকথোক্লক্লে - মখূৎ অনী তিংথোক্তুনা থোঙনাওগী লুবেন লৌথোক্কে তৌবে - শাউখিবনা মখূৎ থক থক নীক্লক্লে - মযা ক্রক ক্রক চীক্লক্লে।)

খোঙজোম্বা - হা-হা হা-হা-হা !
মৈদিগোল থোঙনাওঙম্বা,
নঙননিকো মীতম্বাল,
ইমোম লাংলেন ইচাবু -

তোনু - (মনুংদা) কনাই মগুংলাংগীনো
পাবী 'বুংঙো নহাক্লা

খম্নুং লীশাং ব্রায়ববো !

(তাবদা খোঙজোম্বগী মখুৎনা লুবেল লৌথোকপা গুন্নক্রে।)

খোঙজোম্বা - ইমোম মাগী মশুংলাং !
মাগী লুরেন কেনখিবা !
(মঙৈ থক থক নিক্লে, নীংঙমদবনা শোব ফুল্লক্লে)
পারী !
পারী ’বুঙো মৈদিগোল
ব্রানৌগনু ইপাবু !

(লৌমাংদুনা তুথখি, খোঙজোম্বা খোযনা তুবিবা মফমদগী থাগুক্লা থোঙনাওগী মশা তাবিবা মায়কৈ রোমদা তোনু চেল্লকই। পাখৎপা মিৎযেংনা ঙাইহাক কোয়েং য়েংলগা মপাবী ফৌবোল তাবগুম তাদুনা লৈবা উরদুনা লুতোন শাৎনা লাউবক্লে।)

তোনু - পারী - !
পারী তোম্পোক !
(চেনশিন্দুনা কোনশিনখ্রে)
ইমা লাক্লেনেহে
ইমাবু কৌনি খঙদ্রেনে !
(নোংখোংগুম কপ্লক্লে)
পারী কৈদৌরবগে -
মালেম লৈতঙ্গায়’থক্তা
শাংথ য়াতারিববু
খোম্লেন তুমখুল তাল্লিব্রা ?
ইমা লাক্লে -
ইমানা কৌবা তানা
খোম্লেন পানবা নঙবু মিকপ্লো !
লাওনে - পলেমগী ফৈবা লৈবিঙৈ
করিগী লৈতঙ্গায়দা ওনগনি
লাওনে, ইমা কোনগে লাওনে।
(কোনখৎলি)
কদায় ! কদায়নো - !

পারী চেংলৌ নুংশিবা
পায়মা নুংদা খোয়দাবা
ইচায় মায়থোঙদি কদায় !

(য়েংঙি - যাওদবা উবদা মখা চীক্লকই - খোঙজোবা লৌ-ফংলক্লে।)

কনানো !
ইচায় লুরেন ককথৎপা
কেগে মচা কনানো !

খোঙজোম্বা - (হৌগত্তুনা)
শা-রিংজেল নাইরিংজেল চেল্লবা
হিংচা য়াইতম্বা ঐহাক্লা
নপারী লুরেল ককপনি।
লাও, কোইরেন অসি লৌরোলাও।

(কোইরেল হুঞ্জিল্লি)

নচাগী মনকৎ তান্নবা
মীহিংচা, মীনূখাঙ ঐগী
ঈমুগী ফীরাক খায়রো-লাও।

তোনু - পারী লুরেল ককপদি - _
করিগীনোহে তনবা ?

খোঙজোম্বা - নচায় হৈনা ইনখ্রবী
ইমোম শাম্থুলেম্বীবু
পায়মা নুংঙোনহনবগী।

তোনু - কদায়, !
ইচাগী লুরেন্দি কদায় ?

খোঙজোম্বা - আতো -
মশানৌ মনেম মচানা
অপাম য়াইনি তাক্তুনা
থাদা থাগোন্নরিবা-
থা-রৈবাক্কী থাজসে
নপারীগী লুরেন্নি।

তোনু - অসিবো -
ইচাগী লুরেল - !
মশানৌ মনেম মচানা
মাঞা মায়থোং অপাম-য়াই
হিংনা য়াইনি হায়দুনা
থবাক চোন্না শিরি'সে
ইচায় লুরেল ওইরেকো !
ইমায় অদোল ইবুংঙো
পারী তোম্পাক -
(চঙশিন্দুনা মচাগী লুরেল লৌখৎকে তৌরবদা)

খোঙজোম্বা - লৌথোক্কনু, করিগী -
লৌথোক্কনি লৌমাংবী !
ফজদ্রা, লেমদ্রা,
য়েংঙ্জৌ মীৎয়াদু থিৎনা !
হায়য়ু হেল্লি কনানা
নোংদোল লৈমা মহাক্কী
থাদা থোনবা থাজগা
শাহু মাগী ফল্লবা
থারৈবাক্কী থাসিগা
য়েংঙ্জৌ হেল্লি কনানা
য়েংঙ্জৌনেসে অপঙবী !
তরং তরং থোক্লিবা
নোংদোল থক্কী থাজনা
কোকহনবিদে অমম্বা
খোঙজোম্বগী পূক্লীংগী ।
শাহু-থাগী থাজদি
থম্মোয় ফাওনা ঙান্দুনা
কোকহনবিরে পূক্লীংগী
অমম্বদি পুম্নমক !
নীংঙমদে - ইপানা নীংঙমদে

পারী ইমোম অনীমক !
নখোয় 'নীবু অমুক্তং
ইপুক পেন্না কোল্লগা
ইপায় 'ব্বাবা -

(অনীমকপু কোনগে হায়দুনা চেনশিল্লকই - তোনুনা খংলাউ লাউদুনা থিংঙি ।)

তোনু - চায়থোকউহে য়াইতম্বা !
নঙনা করিগী কোনগনি
নঙনা কোনফম থোক্কেনা ।
ইচাগা ইমৌগদি
ঐনা কোনগদবনি ।
'সুক নীংথিবা অনীবু
পান্নফমদা পালহন্দ
তাইবংপান্দে তাম্বোকপা,
য়াইতম্বে পুকচেন নৎত্রনে (হে)

খোঙজোম্বা - চুম্মি,
কোনফম থোকই নহাক্না
নঙ লৈরিঙে মতমদা
ইচা ইমাক অনীবু
ঐনা কোনফম থোক্কেদো ।

তোনু - ইমায় তোম্পোক নহাকপু
করি মতৌ কৌবগে (ইবুংঙো) !
থাবুম তরা নাউপুবী
নঙবু পোকপী ঐবুদি
'শানৌ ননেম মচানা
হেন্না নক্লে তাক্লবা
পলেম ফৈরা থাদুনা
'শানৌ মাগী মথাদা
থারোইননা লৈরিব্রা !
ইবুংঙো,

মমা মচা হায়'সিসু
তৎনা-থানা য়াদেনে,
লাউনে ইমায় ফৈরাদা।
মীরম্লেনগী নৎত্র'সু
লাইরম্লেনগীদমক্তা
পারী ইমোম অনীবু
চেৎনা চেজেৎ কোল্লগা
পুন্সি পোলোইনরগে।

(অনীমকপু চেৎনা কোল্লগা)

ইবুংঙো —,
পারী তোম্পোক
ইমাবু করি ওইরসিগে। (কোন্দুনা তুথখি)

(মপি তানা য়েংলম্বা খোঙজোম্বা অঙাওবগুম্না হৌগৎলক্লে)

খোঙজোম্বা - হা-হা-হা-হা-হা - !
কেগে খোঙজোম্বা
মোইরাং নাত্রংবা !
পায়মা লিনখা থাবা
তিল্লাং খোয়দাবা,
মমোম লাংলেন মচাগী
পায়মা পুকচেল খঙদবা,
য়াইতম্বা —
মীথীবোং, মীতম্বান নঙদি
কয়া কুইনা হিংখিনি।
শাহু - ইপাগী শাহু —!
হা হা হা হা হা!

(খুথবাক্তা খুদুম্না কন্না কন্না শুরম্লগা লৈমায়থক্তা হাইথখি।)




ফিজঙ হাইথবা

# শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহ

শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহ য়াইস্কুল চিংঙাখম লৈকাইদা ইং ১৯০৮ দা পোকই। অপোকপা অমদি অপোকপীগী মিংনা হাওবম ইবুংঙোহল অমদি তমুবী দেবী কৌই। খৃ: ১৯৩০ দা ঢাকা য়ুনিভর্সিটিদগী মেট্রিকুলেসন পরীক্ষা পাস তৌরকই। ইমুংগী ফিভমনা মখা তমথবা ঙমখিদ্রে। য়াম্না চমবা, মীঙোন্দা লান্দবা মীশক্তি। চুং-ফিরাল চাবা ৱাং-চাউবা মতমদুগী লাইব্রিক-লাইশুগী মঙাল নীংথিনা ফংলবা মীওইনি। অঙাং ওইরিঙৈদগী থিয়েটরদা য়াম্না পামজনা হৌরকই। পুন্সিগী হিংননবগী লমদদি সিভিল সপ্লাইদা অহানবা ওইনা সরকারগী থবক তৌরম্মী, মতুংদা ১৯৩০ দা রাম লাল পাল হায়স্কুল লীংখৎলকখিবগা লোয়ননা স্কুল অসিমক্তদা খৃ: ১৯৩৩ দগী ওজা ওইবগী শিনফমদা চঙখি। অনীশুবা লাঙ্গাওদা ৱাঙ্গোইদা লান চেনখি। মতম অসিদগী ড্রামা ইবগী থবক হৌখি। অইবগী ফোঙলবা লীলাশিংদি - *তাম্না, নুবা শাহুলেম্বী, পিদোন্নু, থাইনগী লৈরাং, শাইয়োন শাফবা, থাজ থবা, শজিক থবা* নচিংবনি। ওজা অসিদগী য়াম্না তমজনীংঙাই ওইবা লমচৎ শাজৎতি স্কুলগী অঙাংশিং অমদি তুংগী মীরোলবু লমজিংলম্বা অসিনি। ওজা ওইনা মশাগী শিনফমদা কৎথোক্লবা মীশক অমা ওইনা খৃ: ১৯৭৬ তা য়াইস্কুলদা লৈবা মশাগী য়ূমদা তাইবংপাল থাদোকখি।



নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি, ইম্ফাল।